## ৱাহয় খৰদং

"তখেল-ঙম্বা" সাহিত্যগী লোন্দাদা শাদোংলগা ইবা ঐতিহাসিক লাইৱিক অমনি। মৈতৈ জাতিগী ওইনা ঐতিহাসিক ওইবা ঔৱাঙম্বা, শমশোক ঙম্বা, খাহি ঙম্বা হায়ৱা লাইৱিকশিংগী মনুংদা তখেল ঙম্বা অসিসু অমনি। মৈদিংগু পামহৈবগী হাক্তংদা ঔৱাগা তখেলগা অনীনা লৌতুনৱগা মতম অমত্তুদা অকনবা লালগী খোঙজঙদা মৈতৈ লৈবাক অসি উমথুনা মচেৎ মচেৎ শায়েন-ভায়েম্নবগী মওং লৈরম্লবনি। অদুবু মৈদিংগু পামহৈবগী মতীক মথৌনা অমদি মৱৌশিংতনা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী লানফম অনীমকপু মৈতৈগী অকল-অথৌশিং অমদি মৱৈবাক মজাতিবু নুংশিবা কয়াগা লোয়ননা ইরৈবাক্ অসিবু করম্না মীখা পোনখিগদগে হায়বগী ৱাখলদা থৱায় খুবাক্তা হাপ্পুনা লাল শোক্লখিবগী ৱারীনা মপুংনি। মতম অতুগী লাইৱিক ইবা অশৈবশিংনা তাল ছন্দ নাইবা শুরদা শাদোংলগা ইবা মৱম্না পোইত্রিগী মওংদা ময়ামগী মাঙদা থমজরি।

লাইৱিক অসিদা মৈতৈগী ৱাহৈ অরিবশিংগা শাগোম্না বাঙ্গলা সংস্কৃতকা য়াম্না শেম্বা শৈরেং অসিদি তশেংনমক মচু মখল মখলগী লৈ পরেংশুম নিঙখিজহল্লি। মতুদি:—

হোম যজ্ঞ কর্ম্ম কয়া
বেদ পুরান স্মৃতি আস্মৃতি
পূম্নমাবু খঙলিবা
কোরৌ নুমিৎ শগোলশেনশুৱও!
... ... ... ...
... ... ... ...

নোংপোক রায়রং পামহৈবা
ধ্বজ্রবন্ত অতম্পা
বলবন্ত পাঙ্গনবা
বুধবন্ত লৌশিংবা
পুন্যবন্ত খোইখোইবা
ক্ষেমাবন্ত ঙাকহৈবা
রাজ রাজেশ্বর নোংপাখং
ছত্রধার নোংথৌরেল-ও !
ময়িম থোংনাং মনিম্নাইবদি
খোয়মা মমায় লয়বিদে।     লা: ◌

অসূম্না শৈথাবগা লোয়নননা লান্দা চোকথক্কুরবা রাবনা ১ । লেঙনিঙত্রবশিংদা অমুক্কা হন্না লাঙ্গংননবগী রাহয় খোনফম [ ংথে·· শীজিন্নখিবশিং য়েংসি —

শজিক লাননোংতম, থবা লাননোংথায়বু থায়য়ে
শায়বা পনয়ৈথ, লাংথোং য়িদা-শি,
পনম খোময়ৈথায়ববু শোঙকিদবা
কোঙয়াং রাশা শৌ, লোকলৌ শৌরাইত্তাঙনা
থুয়া য়ৌরুমমেন, ঈমু ফিন্নাক শাববু নোংঙ্গাংদবা
নম্বু খোঙলোয় হুন, থংনং লয়চুম-ফেল
তেনবী খোইপাইত্তম, কামার মোংমৈ থোংফেনববু শৌপিংদ·
পানবা মখোংচোংবু লান্দানবা
কৈরেন উমখি-চাবু শাথৌনবশিংও !     লা: ৬৯

অসিগুম্বা লোন্দা শীজিন্নহুনা ঐতিহাসিক্কী লাইরিক্তা অসূক্ক মতীক নিঙথিরবা সাহিত্যগী ফজবা অরেম্বা অমসুং অচুম্ব কায়হন্দনা শীজিন্নরম্বা লাইরিক্কি। লাইরিক অসি ছাপা তৌহ্নং

'ম্নবা হোৎনবদা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মতেং
ংঙথিনা ফংজখি লোয়ননা আর বি প্রেসকী প্রোপাইটর শ্রীথুম্মলম্বম
সবিহারী সিংহ, অমদি মাগী ষ্টাপনা কম্না হোৎনবিবদগী লাইরিক
'সি পুথোকপা ঙমজবে। মসিগীদমক মণিপুর সরকারগী কর্ত্তৃপক্ষ-
ং অমদি প্রেসকী ভদ্রলোকশিংগী মফমদা ঐহাক্না শিংঙমদ্রবা
য়ন তোনশিঞ্জে।

শ্রীও, ভোগেশ্বর সিংহ

# হিরম লামায় তাকপা

# তখেল-ঙম্বা

## অহানবা পন্দুপ

হযাহে, হে লিক্লাইশ। ইপুংথৌ
নোংথৌরেল পুমাপা-ও।
ঊব্রা শোক্ক-ব্রা তখেল হাৎন-ব্রাপু
তয়মনা হযা লাউনা শৈথিরক্কে।
নযোন মৈতৈ লৈমা কোরৌ মুংথিল চায়ুপী
মাকক লোইখোমপী হেমপা লাংতে লোইচনপা
মারেম থারম লোইখোমপা শনজং নারেং-চিং
শেনচাউ নমত-পো মেননাং তনপা চীরৈ চিংনা
লোইয়া নিংথৌ চন্নু ময়ু কাইপী খুরাম পামপা
লমলেন উচিব্রা খোইতোংপাল
হুইথৌ খোঙতেন লাকবপি-চা
পামেল উতুম কোল
নোংথিল খাঙলা অকংপানা তেকসোল লৌ
লেমলৈ সরোংখোইপী অকংপনা
চামলৌ লুকপানথককী চোংথব্রাই
নিংঙোল মিৎলাউ-চন্নু খ্বা য়োংহোই-লৌ
হাউসিয়াং অব্রাই খুনপী-চন্নু
খোংলৈ তাপী খোংতৌ-ব্রাই

— —

নয়োল মৈতৈ লৈমা—মবেঙ্কৌ মহারাণী, ময়ু—মবুথৌ, মেনা' তনবা—হামেং লাব্য।

খুনচান মেন্নু লৈমা,
মেন্নোং লৈথামক্কাবা-চন্নু
থোয়মা লাংয়েন শনবু
হাউ থাংকোক লাইমানবনা শনচিংলম,
হেক ঙাইবা শনশোল-পাল ॥
পুকতৈবি থাইজশোয
নোংযাই য়াউসোম্বম্ লৈমা
হোংনেমজম নিংঙোনবি
খানলৈ মরৌ-রেন
থিংকোল মুবিয়া-চাদি
য়েৎলম চিতাই-খোম
হাউচেং লংমাইন্নুনা,
ওইরম্ চিতাই-খোম
নোংযাই খুমন লৈমনা,
যাইত্রং খোনবা ঈনলেন-খান
হুমাই খোকসাং শূনা
খানলৈ লৌতাবাই
অতোন লাইশূ-চা
কোংয়াং মচৈ-শূনা
লাংলেন রাপান ফাব-বম্
উচিরা খোইতোম পান্বু
পূম্ন-চম্না অছৈনবা-চন্নু
মৈতৈ লৈমা মাকক্ লোইখোমবি
লাইজা সমক্রে য়িরংচাউগী

---

খানলৈ মরৌ-রেন—খ্বাইদগী হেন্না ফবা লৌফম।

পোহান্ খাউজাউ লোকপি,
পায়মা সনা লিনকোইগী ॥
নয়ু মৈদিংঙু !
বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা,
ভক্তি ঙংগোই থোংবু চূ-নবা
নয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ
মৈদিংঙু মচা পামহৈবা
থোংনাং লিশিং চায়বা
সনা মমিংলেনবু
মৈনা ৱায়না মিংথোং-ফবা
লাইরেন মৈদিংঙু,
নোংপোক ৱায়রং পামহৈবা
হেনকাই কাল্মুং ফাবা
তুবি ৱায়রা শামিংয়াম
লুয়েন লানমিং হকপা
লাইরেন সনা মচুংশেনবু
লমচি' মবু হাঙদবা
ৱাইচি'মবু শেনদবা
পোনবি করুর লান্দা-নবনা
লমলেন চিপি লোকলাউপুং
চাখা শললুং-থেল
কাকোল নোংতম-য়ি
ৱাংচিং লোকলুথুমদা
খামরন তেংগোল ৯ মাবু শোক্ল-রা

পোমবি কড়ুর লান্দা-নবনা—গড়ুর কৌবা উচেক্লিংথৌনা লান্দাবগুম্বা।

ব্রাং/পিং

লমলেন ফেন্ত্রা নোংছুম্-লম
ঙাইতে লৌকোন-নুং
মোইরাং থমবাল নোংশা-রৌদা
থোংনাং তথেল হাৎন-ব্রা
নিংথৌ মরোয় মমাম্নবা
সনা চোঙলেন খানবা অনিমানা
পোইরৈ থাংচপ্পনা পনুথেংলহৈগী
তুবি থম্মাং মথৌমনবু
লাইরেন চুঙ্শেল মরান-ওনবু
হয়া লাউনা তেংথারক্‌কে।

হাউরৈ নোংচুপ খানা পাংবরম
থোংনাং তথেন পুংকাউ-লয়,
উদয গিরি চাংদোমপোকতা ব্রাঙনবা
থর্ম মানিক্য চোয়নৌ সনা ব্রাপী হাযব
ইদাইরেম থোংনাং তথেন লৈপাক কোইব
ছত্রজিৎ নারন্ অথৌবা।
লহান তথেল মনিল নাইবনা
খারম লম্বাল থোকহৈ
লাইজ্জা ইতুয়া তুখু মতম্পাক্তা
ময়িম পোইরৈ মৈতৈনা
দোলাই-লেংবু য়ানথেক্-নোং
লাংগোই শগোল মুললো-ব্রা
ব্রাংলেন পৃঙমায় য়ানফৎনোংগীবু লৈবনে,

---

তথেল—ত্রিপুরা

খোংনাং ঐবু ৱাকাউদরিয়ে
অতুস্তুং মদোমদে

লাইরিক ভাগবত্-ৱাগী
তেখাউ ভাই-ওইনগে হায়ঙৈদস্তুং
খোংনাং তখেন ঐহাকপু
য়াংলৌ লমথাং পোৎথিল-লোইবু
ওইনগে হায়না
শংলৌ থৌরাংনোংগীবু লৈবনে।
পোইরৈ খমথেংনবা
মোইরাং তমপাক-তানা
লোক্তাক খোঙন ফং
হৈকক নাৱেং হেকনা
থাংজিংকেবাক পোনজেং-শা
পোইরৈ অরাক তম্না পনথেংলুঙ।
থাইনা খোংনাং তখেন ইপুরোইদস্তুং
মোইরাং মনিল নাইবদি
* য়েনথাক ঐগী ভাপল-লোইনে।
মরোঙ চুঙ্গা-য়াম্ন
খেনশাং তন্ন লোইচল্লম-ও।
তখেন, লাংথা, লাংনুং
খোইশোই, খোংয়াং, কুমফি
তোল্লোং পুমনামাস্তুং খোমচিল্লক-ও
হায়না পাউমেন খোনগী
মদাইরেম ছত্রজিৎ নারন লানচিংবদা

* য়েনথাক ঐগী ভাপললোই—য়েনস্তু ভাস্থ লোইহাবা।

খোংনাং হাউনী ভমগা চিং
তখেল লাললোই'মাবু কা-ন
খারম মযায়-রমদা।
তৌবাং ফকচা কোনুগুম
ফুযেন লাল হৌবকাযে হাযদবরা
অছুমু' মদোমদে।
হাউবৈ নোংপোক পা.বরমদস্থং
ভিরা তো দোই নিংহে
ধরম মর্লকা মংত্র নিংগৌদেন্না
হম্পানি মংত্র কেংতু চম ভ!
ৎগানেনোং মনি ন গে ।হরৈ
মৈতৈ .নিল নাইবন'
ইরোই শোংশূক 'গান' তাবরু
কাউরেন যণকু তোহগুম খোনখিযে।
মযোম ভমফা ব্রাভমলোন
চাংলাই নৈলমা কাচেং ভানবা চন্নুবুম্ব
এরান মুহোং খো তো পিরকে
হায়শন্নমা, ইদাইরেম!
ফোংদা হিভাইবি
হিভাইবা প্নন্নমাবুস্থং
য়িংথি যিরান থানখিযে।
ইযূ মংত্র নিংথোগী
ব্রাকৈয় হিরাংচান
ফোংতে চোয়নৌ সনা হি-সুং
শীঙজঙ লয়তোই-চন্না।

চকমোম থামবী মৈথা-থোক্লববু লৈবনে
থামল্লন ঐবু ৱাকাউদ্ রিয়ে।

লমহুই শাৱাই থৌনা

শারেল লমশা
খোংখুল খিবা তুগুম্ববু
ইরোয় শোংশূক তানা তাবগী
তাংজা খোংখুল লৌ-না

চৌফা-হোন

পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌগী
সন লাবখোং যৌনা
কোনলোয শঙ্গায চঙলক্‌ও।
ককচেং লুচাউ-পিচানা
মালেম পৌরৈ লোইচেল লৌগুম,
নমু তাংথক নাইদনা
তেঙ্গোল লালোই'মাবু-ফা
লাঙ্গোই মোইশা-য়াবু চ'ন-গু
কোরৌ নোংশাকোনবু
লিশিং অমা যো
ৱানতং ফৌপু যণপু
মশিঙ থিঙমৃতনা
হুয়েন লানদাক-ও
হায়না পাউনেন-খোনগী
টাক্লং টারোং থাক্তনা
চীং-লম য়িরম পূম্ন-হুপ

* কোম্ভংগী স্বপো৷ঙ অহ৷নবা।

নমু মীশিঙ থীঙমদনা
লাইজা কোঙ্গোল য়িরিক-হৌ
খোঙলম মালেম লয়মায়-শী
মংত্র কে'তুং ঙমবনা
হুয়েল লানকা চিংনা
য়িংথি ৱাংমা-লান
কবো থারিচাবু তাববু
তৌৱাং ফকচা কোন-গুম
ৱাকয় খে'ংজোমবা
তোংচেং শেনকোই-লোকপগী
হিচকাং মৈগা থা'না
ক্বা হয়পান যান্না
তরেৎ নমথৌ চৌংবু
তাপুং চৌংয়ায় থায়খৎলকয়ে হায়যে।
মীবৈবাক নিংথৌপানবা অনিমানা
পোইরৈ থাংচপ্পনা পস্তেংশিল্লক্লবগী
পোইরৈ লাংতকনা
ৱাংঙম লাংকেন্নরে।
মমু, লাই, হিংচা,
মানতক অকায়ববু লায়থুংলবগী
নিঙলম তরা চামন-থা
য়ারম থিংলৌ নিঙনা তেগুম্ববু
কৌজেং য়ামনা মীচিক্ত
থিংবা য়ামনা লাঙতকনরে।
পোইরৈ সনা পুঙদি

লোইদাম ইঙা তেরা পাইগুম
পোইরৈ রাইখুং খণ্ডদরে।
নিংথৌ সনা চোঙলেন-খানবা অনিমাগী
লানশোক অচৌবা অনিমাদা
পোইরৈ য়িফাং চন্না
তোংচেং হিউম্‌গে তৌগুম্নবু
লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীগরিবনিরাজ
বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বনা
শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌবু
লাইরেন মুখ চিনবানথোংদা
শোনজমনগী রাম দয়া মথৌজাম্না
রাকয়ৈ হিগা ওইনা
শিলোৎ মপুংয়ায়ষ্পী
শান্তদাস মহন্ত
বৈষ্ণব বৈরাগ্য থোইথোইবা
গুরু স্বামিজি লাই ওইনবগী
মতিক অচৌবনা তোংচেং হিনাউশা
লাইরেন মৈদিংঙু মহাকী
য়াইফ মতিক অন্ধবনা
হিরু তেংমাই লেপনা
মদাইরেম লৈবাক-কোইবা
লাম্মী থয়াং কোন্দাইলোনবশিংনা
খুমু নৌ-গা লানশোক সমক্রু
য়িরেনপুংগুম অচৌবা অনিমাদা
তোংচেং হিগুম লয়্‌হন্দা

য়িশিং তমলেন লৈবহুগুম
থবাই পুন্নমাবু লোকলৌ
শানা কোননা লাংগোল্লকঙৈগী
তুবি চীংলাই লান্তানা
শঙাইশেল মৈবী পাইগুম্বনা
ঔরা শোক্র-রা তখেল হাৎন-রাবু
হয়া লাউনা ছৈথিরক্কে।
য়োইমযাই লাইরেন তাউদনবগী
নুমিৎ মঙাল অরাববু
লৈচিল শীফা উপ্‌কুম
পুক্লিং য়িরৈ চন্নবদা,
লাইরেল মৈদিংঙু
মালং নোংশীংকাওগুম্বা নোংথৌরেলনা,
মযু লাইবেল নাউফংবা
তুবি লমথক শারোনপুং,
তিংয়ি রাফোং লাক,
লাবা নোংলৈফম,
কংলা থোন তরেৎ,
থোনলাংমৈদা ফমফম্নবগা,
কংলা য়াইবুং থীননা
মদাইরেম খুনফংথৌ,
তযম নাইফংথৌ,
পুন্নমাবু পাউকৌখৎলে।
তুবি ফমথৌ মঙাইবোই
লাইরেন নিংথৌ মহীশাং

অথৌ লিচা হেল্লা

থয়াং কোনতাই লোনবা

পোইরৈ মালেম লৈবাক কোইবা

পূম্ন গুপ্ন তিল্লবদা

লাইরেন মৈদিংগু,

হেরা চিংবা থাঙগুমবনা

তুবি কুকিল খোনদানবনা রাহল্লকযে।

লাইরেন ফমথৌ ইঙাইবোই

তুবি নিংথৌ ইহীশাং

অরোংচা লাইফম থনবা

অপৌচা থাফম নাকলৌ শীনবা

ইমাতোননা পোকপা

লাইরেন তোম্না য়েন্নবা

পান্নবা কৈশ্রুকপা

কৈরেল তেংথাবা

কাযরৈ অকন-কাউ

মচেং কোইতু চাইদবা যেনগুম

খোঙ্গাউ কনবশিংগু

লহান ইমাঙগী

ইয়ু নিংথৌরোল খুদিংদম্ব

মালেম লয়য়ি-মূং

কোংয়াং উরোং শংনা

ঙমখৈ কনাগুম্বদা মৌপীরক্নে

তখেন নিংথৌ ইমাম্নবা

ঔরা নিংথৌ ইতিক্লববু

থাঙলেন খুৎনা কংনা
য়ান্নগে হায়না
নোংহামলিবা নোংলেননে।
পোইরৈ কনাগুম্বা অমত্তবু
হাথৈফরোই হায়না বাহোমখিয়ে।
ইদাইরেম লোইনাই অহল্লুপ্লাকপা,
কৈবিরামসিং অকোং হাউবমচা নগুদি,
হাউরৈ নোংচূপ খানা পাংবরম
পোইরৈ লানমী কোঙ্গায় পুনা
থোংনাং মাইয়োক য়া-নরু-ও!
ইদাইরেম পুনসি সিং
পনশা হুইত্রোমবা
নাহারুপ বাঙ্গোন কয়রুংহনবা নঙ্গা
কোপেং তনবা মীথন-থায়
লাইফম বাঙ্গোন কয়রুংহন্বা নঙ্গা
হুয়েন লানগা চিংনা
পোইরৈ লানমী কোঙ্গায় লোয়্ননা
হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরম
খামরন মাইয়োক য়ানা
হুয়েন লানশোক্তরুও হায়খিয়ে।
লাইরেন ঐদি,
লৈবাক ইমান্নবা অনিমাদগী
পোইরৈ হান্না তমদা তাবা অমবু
খোংলোয় য়াঙ্না থৌশীরক-ও!
লাইরেল ইহক চৎনা

হুয়েন লানশোঙ্গে।
অঙুম পোইরৈ লানথোঙ, খঙনরবদা
মৈদিংঙু মদাইরেম
লোইনাই অহল্লুপ লাকপা
অকোং হাউবম-চাগা
খোমা চোংথামচা
লুরাং খুমস্থেম্বা
শকথি ন্যাউরোইবা
মাথোয় মরিমান-চিংনা
পোইরৈ লানমী কোঙ্গায় পুনা
হাউরৈ নোংচুপ খানা পাংবরম
লোইয়া তমলোন ইননা,
হুয়েন লানদাখিয়ে।
পুনশিসিং পনশা হুইত্রোম্ব-নচিংনা
কোপেং তনবা মীথন-খায়
লাইফম খ্রাঙ্গোন কয়রুংহনবগা
রাংঙম লানমী কোঙ্গায় পুনা
হাউরৈ নোংপোকলা পাংববম
হুয়েন লান্দাখিয়ে।
নোংপোক খায়রং মদাইমা
চোয়নৌ সনা কোনগায়ম
তরেৎ নমথৌ-চীং
খুমন কাচেংখু শা-থিবা
মোমঙু তাঙোয় মঙ্গমবী
হাউনু শামনমু শাফবিনা

চৈখৈ য়াকু-তয়
মোলাং তপ্তাই শেমনা
কেগাম হয়কম-শোই
থুমলাং ময়োন-শং
কিয়াং নমথৌ চৈ-থুবা তরেংমাদা
লাইজা য়িকা হান্না
য়োইময়াই তাউদনবরু
তাইজবা মরমখৈ,
তরেং নমথৌ-চীংদা
থামরন তেঙ্গোল মনিল্নাই
ঔরা তানা তাবদি
শাবন্ তুম-নৌ না·ওংনা
ককচেং লুচাউবি-চানা
মালেম লয়্মায়্ শীগুম !
নোংপোক রায়রং লম্বু থোন্না
হেমবা লোইবি ক্বাকমুগুম
মুতুম মুনা ঔরা লানকাররকপবু লমঙক্সরে
লানফম মাইয়োক-য়ানা
হুয়েন লানশোক্লবরু
থামরন লালোই মপুং-ক্বা
য়িশিং তম্লেন চাউগুম্বনিগীনা
ঔরা মাইয়োক য়াঙম-দা
পোইরৈ লোংনা হন্না তকুথোক্লকুয়ে।
ময়িম থামরন্ মনিল নাইবদি
তাংখুল থারন লোইরম

মরিং খোইবু পুম্নমাবু
তৌরাং ফক্‌চা কোন্‌গুম তক্‌খৎলক্‌যে।
মৈদিংঙু মদাইরেম,
হুয়েন লানজিংবা অনিমানা
খোঙ্‌লোয পাউহনবদা হায্‌জখিযে।
লাইরেন মৈদিংঙু ইবুংঙো তাবিযো।
ঐরা লানফম্‌ মৈশা কল্‌লে।
যিশিং তমলেন চাউববদা
খোংফৈ চিরোল-চল,
শীঙউৎ নাচুং য়েনা থৌখাম্ববু
লাইজা য়িহুল কনবগী,
থৌখাম ঙম্‌দবত্নুগুম্‌লে,
লান্‌শোক মাইযোক য়াঙমদরে।
তুবি সনা নখোঙ খোঙলেংবিরক্‌-ও
হায়না চীংঙু লাইরিক ইনা
খোঙ্‌লোয থৌশীরক্‌য়ে।
লাইরেন সনা মখোঙ্‌-খাদা
বায়থুংলবগা লাইরেন মৈদিংঙুনা
কংলা য়াইবুং থীননা
পোইরৈ লৈবাক কোইবা
পুম্নমাবু পাউকোখৎলবগা
বাংঙম্‌ পুম্ন তিল্লবদা
লাইরেন মৈদিংঙুনা
হুমিৎ য়াইরংচানগুম্না পাউমেন্‌খিযে।
"থামরন মৈশা দননা

নোংপোক রায়্রং লম্বু-খোম্না
ঔরা লান-কারক্পবু
চক্মোম রামৈ চাকুম
তক্চিল্লক্লে হায়্বসিবু
পোইরৈ তম্দা তাহন্দা
রাংওম তম্দা কুম্দনা হলরাইথিনবা
ইমোম্ তম্পা রাংওম্লোন
চীংলাইলৈমা কাচেং ভানবা চনুবু
পীসে হায়্নবরা ?"
খামবন্ লানশোক মাইয়োক-য়ানা
ঔরা থাঙ্লেন খুৎনা
ফংনা য়াম্নসে নিঙ্বরা ?
পুকনিং চিংন-লৈতনা
পাউগুম-ও হায়না পাউহমববু
মদাইরেম পোইরৈ অথৌলিচা হেল্লা,
রাংওম থয়াং কোন্দাই লোনবা,
কায়নৌ লম্শং পান্গুম
যাকা-বগুমবশিংনা পাউখুমদরিভৈ,
মদাইরেম ফিজং চক্নাই-লোই,
"লাংশং কোংয়ি-লোইদপী
শোঙ্বু লোইদাম-চানা
হান্না পাউখুমলক্য়ে।"
লাইরেন মৈদিংঙ্!
ঐবু লোইবা ইবুংঙো তাবিয়ো!
নমোম তমপা রাংওমলোন

চীংলাই লৈমা কাচেং ঙানবা-চন্নুবু
খামবন মাগী মফমদা
করিগী পিকুগবনো !
নদাইরেম পোইরৈ অথৌলিচা হেল্লা
থয়াং কোন্দাই লোনবরু
মশীং থিঙমদনা লৈরিয়ে ।
ওরা মাইযোক য়ানা শোক্লসে
খামরন খুৎনা ফংনা য়ান্নগে
ঙাইখমলিবা নদাইরেমশিংনে,
হায়না পাউথুমলবদা,
লাইবেন মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা,
তয়ম্ নঙগী চিনকোয়
নয়াথং অসিবু রা-চানরগে ।
লাইরেন ঐস্ত,
তখেন নিংথৌ ইমান্নবা,
ওরা তানা তাবা,
নিংথৌ ইমান্নবা অনিমাবু,
থাঙ্লেন খুৎন-ফংন য়ান্নগে,
নোংহামলিবা নোংথৌবেননে ।
ইদাইরেম লোইনাই অহল্লুপ-লাকপা
অকোং হাউবম-চা
থোংনাং তখেল মনিল-নাইর্বাদ
হুয়েন লালহৌরকয়ে ।
খামরন তানা তাবস্নুং
নোংপোক চীংখাং লাননা

পোইরৈ তমদা তারকলে।
ঔৱা লানশোকনখিসে
পোইরৈ লানমী থায়না
তখেন লানথোং ঙাকহল্লম-ও।
হায়না খোংলোয় থৌশী-ৱাগী
লোইনাই অহল্লুপ লাকপনা
পোইরৈ লানমী থরগা
লাইরেন সনা মখোঙ-খাদা ৱাযথুংলবগা
লাইরেন মৈদিংঙ্না
ইদাইরেম কোনোক পানজি-অহৈবশিংও।
মেহেন্দ্রি পুংজা-য়েং,
খেনলেন মতম-লাক্লা,
শমু খোঙকাপ, খন্নৌ-ও। পাউমেল্লবগা
লানৃফম্ য়াইফ খোংশানপোৎ
চতুরংগ মরম নিপান্মকপু মশীঙ্ শুনা
তুবি লাঙ্গোই মখুনেৎ
য়াইশা যাত্রাসেন লুৱাংবৱু
সনা শাপোৎ-শেম
কুমারী থমচেৎ-শাবী
লোইদাম নিনমাং থাগুম
শকথোং নৌনা কারকপী
মাপন্দংনা, কুমার ফুশাবনা
চক্র মকোয় ফাকদবা য়োই-ঙইফু
তুম্মুং লংলা মনা খোইরেন ফুদা
অম্র তাউজিং নানৌ-থেৎ

লাইঙ্গা য়িমাই চোনববু
মুঙ্গা পুলাং লুয়োই-খোং
কাঙিয়েল পুম্না-ঙৌবা
মচী কাংচেৎ চীদা-হেনবা
খোইয়োম লাইশম অঙৌবা
যব লোইমোম ফৌ-ময়োল
লোইবি কোযরেং হৌ
খোইদিং শুমাই-হাত্তিংথৌ.
তরা চেং মচংগা
তাউজিং চুপান-যাউ
পুন্নুং লফু-যুং
মালেম লয়্মায্ তয্না
য়োয়্ব্ বৃন্দা মশান্ওন
তুলশি লৈন্নুংশিনচিংনা
ঘট থাউমৈ য়াউনা শানশেন্নবগা
খুৎশূ খুৎলাই, হি-ওই যাইওইবা
থৈবিকপু মশীঙ ঙনা ঙাইথম্নবদা,
লাইরেন মৈদিংঙু স্নং
শাংদিং লালৈখেম,
পুন্নুং লানপোৎ-শেৎ,
ত্তানৃচপ মঙান নাইদবগা
সনা সিংহাসন্দা ফম্ফম্নবদা,
খেনজেন মৃতম-ফবা,
মুকমু হাইমৈ চোন্বনা,
পানবা কৈবু ঙম্ব-খেন্দা,

তুবি খোঙ্কাপ মাপল থাংনা,
যাত্রা খোংশানয়ে।
ব্রাহ্মণ লাইশুইনবনা,
খোইমোম মন্ত্র-শোল,
আশীর্ব্বাদ য়াথং য়াইফবনা,
বর্ লনকু পিখিয়ে।
লাইরেন মৈদিংঙুদি
শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌবু
তাংজা লুদ-থোং
ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ
চীংঙু তাইবং খায়্‌ববু
কাষা মাঙ্শুইননা
শঙ্খ, মোইবুং থিনকাম্না
পুং পেরে শিংকা না·কানা
খোনজেল য়াইফরিবা খৈবিকপু
চয়্রোয়্ননা লাঙ্গোই শামু-তোং
নব-দণ্ড মথোল মাপল্ শুববু
সনা চোঙ্লেন-খান্
মদাইরেম চন্দ্রমনি খোংজোম্বনা
সনা খাউজাউ-পু
শৃদাম সৌকাইজাম্বনা
মুরোঙ চুঙগা-হুন
পোইরৈ থয়াং কোন্দাই-লোনবা
বাঙম অথৌলিচা হেম্না
লাংবন খোইরোই

লান্দা-নবা পূন্নমাবু ঙাইরোযনন
সনা যোইকোনন্নুংদগী
যাইফ খোংশাল্লকলে।
ময়ু মৈদিংঙু শেনবি পাইখোন্দা
খোঙ্‌লেন মথুং-ফা
চোযনৌ সনখোঙবু লাল্লক্লবদা
মদাইরেম লোইবি চৌংবুবোইবা
হেম্বা তম্বু কোনবা
তাংখুল লুহুম্বা, কোযবেং,
থংকান, কবুই, শোং, মরিং
তাবাউ পূন্নমাদি
কোযরেং উমু নিঙ্‌থাং-চুং
শঙম লুপাং ঙনবা
মবোঙ চঙ্‌মায় হেনবা
ইাঙল নৈথেং তয়্‌না
হেনমোইবা চৃঙবু
মরোঙ ঙক্ত হুক্ল
মরাম খোঙকাউ-তয়্‌
খোঙ্‌খপ চেংলৌ মিংপ ঙক
লোইবি মখা-চৌক,
হেম্বা মরৈ তম,
পিশূম পাগোয-লয
ঙক্লি লুশম-হাই,
যাঙ্‌লেন লুচাউ-খোয়্‌,
লোইবি হাউযাম-চোং,

টিমেন খুত্তু-শূ,
লাইথাং হুইয়োম শানা,
পুক্নম্জওম্লে।
লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ!
তাইবং শোরারেন,
নমু পোংহনবা ইবুংঙো তাউ-ও।
নদাইরেম ঐখোয়বু
লোইবি খুঙ্গং খুদিংগী
হেম্বা লম্কেৎপা
মশেমবু লেংন-তিননা
লাইরেন হৈনা নতুংইন
তুবি সনা নমৈ রায়্না
চাংথোং পুয়োককে
ঔরা লানশোক খমথে না
খামরন মাইয়োকনা
থাঙ্লেন খুৎনা ফংনা যান্নগে
লোইবি ঐখোয়বু
খোয়মা মায়্ওল্লোই
হায়না থৌদোংলম্লে।
লোইবি ঙাইরোইননা
লাইরেন মৈদিংঙুদি
লোইনাই অচাম্বনা
থাঙ্লেন য়োৎথৌ-ফাল্
সনা চোঙ্লেন-খান্না
থোঙলেন য়াইচন্বা

লোইনাই খুনবি অচঙ্ব-লমবু
লালোই ময়ায খায়্না
হাউরৈ নোংপোক-লা পাংবরম
নিংথৌ নোংশা থেরাং থাংনা
চীংঙ্ নোংথৌ শোরারেননা
মালেম লয ভাবক্পচুগুম
চুযেন ল ন্দাখিযে।
মযিম থানরন মনিল নাইব।
ঔবা লন-কা চয্বৎতবদি
লমলেন মদাইমা
কাকোল নোংদম যি
পা জিং লম্মহলকী
চিপ লোকলাউপুংদা
লাংঙোং মাইক-শা
পামেল লেপ্তন যুং
কামার্পে লেপ্-শেন
থামরন চেংগোল মশীঙ
নাপল খুংনা লেপ্পরবদা
লাহবেন মৈদিংঙ্
বৈষ্ণব লেংনাং মযাঙ্গা
পানবি গড্রর লান্তা-নবা
'যোইমরাহ ভাউদনব
তাউম্বহরেং অহনবগী
লাঙ্গোই মথুনেৎনা পাইংনহ
রাংজিং লোনচাউ-যি

চাখা শলু'থেল
কাকোল নোংদম-ম্নি
চিপি লোকচাউ পুংদা
পোইরৈ তেংগোললেন্দা,
লাইরেন নোংশা মনিল নাইনা,
    রায়থু'লুরে হাযদবরা।।
লাইবেন মৈদিংঙুনা,
মপোইরৈ পুম্নমাবু,
থৌজাল তা-হেন নাইদনা,
নোংপোক রায়ংং লম্বু খোননা,
হুযেন লানথো' শীনথিযে।
অরাং লাইনা পাংবরমদা,
লাইফম নোংশ' লান্দা নবগা,
থাফম কোয়ৌ নোংশীঙজঙ্বু,
লান্দা-নবা অনিমাবু,
লাইফম রাংগোন কয়্রুংহনবা,
কোপেং স্তনবা মীথন-থায়না,
হুযেন লানগা চিংনা,
থামরন মাইয়োক য়ানা শোকনৌ-ও।
    হাউরৈ থানা পাংবরমদা
লোইনাই অহল্লুপ-শঙ্কী
মৈরি লান্দা-নবগা
নাহারুপ শঙলেম মৃন্নিল-নাইবা
চীংলাই লান্দানবা অনিমাবু

থৌজাল তা-হেন নাইদনা—অচান-মীরায় নাইদবা অমা য়াথং তৌদুনা

লোইনাই অহল্লুপ লাক্পগা,
পনশা হুইত্রোম্বগা অনিমানা.
হুয়েন লানক্না-চিংনা,
ঔৱা থাফংনমা হাৎনৌ-ও।
লানফম ময়ায়্ থংবদা,
পাঙল্ লানলোইমবু ফাবগা,
ইরম তেল্লোই ৱায়রা তেলহৈবা প্রমমারু,
ব্রাহ্মণ শাগৈরেন্দর্গী,
থোইবা সিধান্ত,
বামোন চক্রবর্ত্তি অথোবনচিংনা,
ঔৱা লানশোক থমথেংনা,
থোংফেল মাইয়োক য়ারে।

থামরন মনিল নাইবস্থ
শামু যাত্রা মাঙ্ওইনা
লাংগোই মাইফং-শা
কামার খোঞ্জেন-চাউ
খুদোং থিনকাপনা
পাংঙল তেনবি খোইপাই-তম
মংত্র কেংতুং ভম্বনা
থামরন লানমীশীংদো
থৌনা ইনশিল্লকলে।
পোইরৈ মনিল নাইবস্থং
ব্রাংঙম মরাঙ্ হৌনা
থোপা লানজেল মৈকাপ্পিবু
শঙাইশেল শাফু-তম

বায়রা তেনবি নোং-চুনা
কামার নোংমৈ থাংফেননা
খুদোং থিনকাপ কুঙ্না-থা
কোরৌ নোংশা ফুজিন্না
লাঙ্গোই মোইশা-য়া থৌজিন্না
পোইবৈ লানমী চেন্নদ
খোংকেন লানশোক চাইনদনা শোন্নরে।
লাঙ্গোই মোইশায়া
মচুম য়ারক্ শিন্থবা অনিনা
থম্বাল লাকোন্ চাইনা
শামু য়াথিন্নবগুম
নোংশা চরান্নবা অনিনা
শারেল শামুন্নবগুম
লাইজ ইহুল কনবা অনিনা ঈফেংনবগুম
নোংপোক সন-চিং অনিনা লাইথেংনবগুম
হুয়েন লানশোক্লরে হায়দবরা ?
থামরন মনিল্ নাইবনা
লাঙ্গোই মাইফাং শা-না,
লানফম লাইজা ইনোং কাবগুম
ইনশিল্লক্লবগী, পোইবৈনা-হল
বাংঙম নিঙ্না তেগে তৌগুন্নবদা,
লাইরেন মৈদিংঙু
খাকপা নোংশীঙ্জঙ্গুম্বদি
ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ
অরাং ফানলৌ লাইমাখোমবা

চীংঙ্ তাইবং খায়বগ্গা
গুরু স্বামীজী লাইওইনবগা
কোংয়াং লানঘেং-কাই
অহুম্মাদা ফম্ফম্না
লানশোক মত্তৌ য়েংলউঁ
খামরন্ মনিল নাইবদি
চকমোম ৱামৈ চাক্পগুম
ইনশিল্লক্লবগী, ৱাংঙম নিঙ্না-ত্তে
পোইরৈ লোংনা হনগে তৌগুম্লবদা
লাইরেন মৈদিংঙ্না,
ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ
চীংঙ্ মৈৰী হানতোংবা
খোইমোম মৈৰী তোমশাৎপদা
ভকৃতি কাউবি চীগা
লুক্সা পুনেমজখিয়ে৮
ইযু খোইমোম লাইয়িংথৌ
পোইরৈ লৈবাক ঙাক্প-গু !
খামরন লানশোক অক্মবা
লানফম মৈশা কনবা অসিবু
লাইরেন ননোংয়াই ঐগী
লানশোক ইমাঙ্ খাঙ্দবা
পনম্ খোময়ৈ থাঁয়্গুম
চাইখাইববু য়োন্দনা লনকুবি-ও ।
ঔৱা লাঙ্গোই মথুনেং
যাত্রা ম্যাঙ্ওইনরক্পা।

শামু মঙাইরোয়্দগী
লাঙ্গোই থোইনা লুরাংবা অসিবু
চীংঙু নঙ্বু হান্না তোংহন্লগে
খোইমোম নঙ্বু হান্না নেংহন্লগে
অস্থুম হায়না পুরুম্জরবগা
লাইরেন মৈদিংঙু
শঙ্করদেব থোংনাং ময়াম্বনা
তুবি মৈবু-রোৎ
লাইরেন থিংকু মথি-নাই
চোয়নৌ সনা থাঙবু
খুত্তা পায়না খৌশাখিয়ে।
লাইরেন ইপা মৈদিংঙু
পিতাম্বর তুবি চরাইরোংবা
খোইমোম লাইমিং থোংবু
শাইওনবা, মচি চরাইবা য়ুমজঙ্লাং
কোরৌ তমথ-লাং
মালেম তমপাক লয়্রোল
ফাউবা তেনগুম্বগী মপারীনে,
মালং নোংশিৎ কাউগুম্বা
গুম্ফদবা নোংথোরেননে
হায়না, গনস্তা চুঙ্গোয় য়াইওইববু
লোইদাম থানিনগুম মকোয়-ফাবা
সনা শোচুমফাং য়ৈবদা
তমফা য়ায়দা লাংনা
হেনমোইবা চুঙবু

তুবি শমু ওই-ওইনবা
লাইরেন থাঙলেন মখুৎশূ
য়াংখু য়েকতৈবা
য়েললৈ মৈয়াববু
শারেন য়েত্তা-পায়
কাচেং নোংথাং নৈমা চুংশেল্লা,
তুবি শমু মখুদোন,
থম্বৌ হৈরা-য়োনগুম্ববু,
খোংথপ চীংঙ্গুং নোংথাং কূপকুম,
খোঁশায়বদা,"

তুবি লাঙ্গোই মখুনেৎ,
য়াইশা মুংচানূবা,
সনাবি লাঙ্গোই চুদা-হেনবা,
য়াথৈ কুমশিং ৪ শুনা ফাত্তরবা,
শগোল ময়িল্লকপবু পুরকও!
টিমেন ঐগী ইখুৎশূ
চায়াই খোংনাং নানৌ-লীনা
তাউথংবা, মৈবা শীঙচেপ-য়ৈ
পয়োং হিংনা চনূবা
য়ুংশিৎ-চনুবা কোয়য়েং-টা পুরক-ও।
থামরন থঙ্গুং থিৎনা
ঔরা মনিল নাইববু
লানমী চৈরক-থায়
লানকম চপূক য়োংনা
থুগাইরুগে হায়না

* কোয়াং লানয়েং-কাইগী
শগাই খোংরোই অহুম-কুম্ম
খোশাথরকপবু, মদাইরেম
চীংখোং নাক্তেগী
সনা শেনাৎ ফম্বা
শ্রীদাম সোকাইচামবনা
কাউবি চীগ-লুক
সনা খুয়া পায়না খোখানখিয়ে।
লাইরেন কোরো ইনোংখোও!
মোংপোক খানা পাংবরমদা
লোইনাই মাহারুপ অহল্লুপ
মরানখোংদা ভৈরা মমায়-ওম্মা
থামরন লোংনা হুলয়ে।
লাইরেন সনা নখোং-লেঙবিগুনো
হায়না রাকৎচরবদা
লাইরেন টিনবি নিঙনা-তেনা/
ফমফম্মবদা, লাইরেন নোংশা মথি-নাই
তুবি মনিল খোনবু
পোইরৈ লানখোং পুম্মমাদা
থোজাল শীনবা থুংনা থোদোংখিয়ে।
ইদাইরেম পোইরৈ লানমী-পুম্মমা!
অথো লাংগোনবা
অখম মীপোকপা
লাংবন খোইরোই লান্দানবশিং-ও!

* কোয়াং লানয়েংকাই—লানগী লালম য়েংনবা শাবা রাজী শগাই

থাময়ন লানশোক্কবদা
খোয়মা নমায় লয়্‌ক্কয়োই !
লহাল ইয়ু নিংখৌয়েল্‌
ইমাওগী তুবি য়োইনোংদা
নোংদা লাইয়েন পাখংবদগী হৌনা
লাইয়েন ইপা মৈদিংঙু পিতাম্বর
তুবি চরাইয়োংবা তানা
নিংখৌ হাক্কক, মীয়োল খুদিংবু
ওমথৈ, কনাগুম্বদা মী-পিরক্কে ।
ইয়ু নিংখৌ শেনবি খাগেম্বা
সনা মহাকৃষ্ণক্কুম্নুং
ময়িম থোংনাং মনিল-নাইবনা
পোইরৈ তমঙ্গা তানা
পনখেংঙৈস্নুং, লেমলৈ অহুকপা
বানচেং অহাববু — ৮৫৩
ঈমলেন চাউকোই উপ্‌কুম
থোংনাং মশীং খীওম্‌দনা ফায়োয়ে ।
নিংখৌ সনা চোঙলেন-খানবা
মীয়ৈপাক কনাগুম্বা অমত্তবু চঙ্‌লক্কে ।
তুবি মখোঙ্‌ থীনবু
য়ালেম লয়্‌বু নীকপা
লাইয়েন মশা লাম্‌না
অৱাং কোয়ৌ নোংবু ফংনা
পাংগল ওমকদবা অহুশিংগী
মনোংয়াইনে ইদাইয়েম নঙ্‌খোয়্‌সু

ইযু নিংথৌ মরোল খুদিংদা
শেকচুপ পনদাই-গুই
লেরা শোয়-উ ওইনা
মালেম লয়্‌পাক ভাক্লকপশিংগী
মপারী, মনোংয়াই মশেননে
সনা ইরৈবাক অসিবু
ঔরা মানা করিগী
পাংগল খুতুম চল্লগবনো ?
নিংথৌ সনা ইহাকথক অসিদদি
থামরন মাবু হায়বদস্নুং
থমস্নুং যম-নিংথৌগুম্বা
মহাক্লস্নুং পঙ্‌না চঙ্‌ফরোইয়ে
তয়ম অথৌলিচা হেপপা নঙ্‌খোয়স্নুং
হুন্দক হুয়েল লানশোক অসুম্বা
অসিবু ঊম্লবদি, তনবা নঙখোয়গী
কোলোয় মিংলেন শিদববু
হয়েং পোইরৈ চাদোন্না কাউররোই ।
ঝাংঙম শূদোননা নিল্লরোই
মিংলেন শিদববু লৈরোৌঙৈনে ।
লানশোক নমায় লয়্‌ফরোইয়ে
হায়না থৌদোংলবদা
পোইরৈ লানমী অথৌবশিংদি
লাইরেন নোংশা মনিজখোলগী
পোইরৈ মরাঙ-হৌ
ঝাংঙম মখি-নাই

থামম্রন তাংশক্তা
ঔব্রা মীথাদনা
লানমীং কোম্রি-হৌ
থুবাক তিল্লাই-মেন
টিমেন হুংশোল-লয়্
লাঙ্গোই শাজৈ থোমগুন-য়ৈ
থুনেং নাকথং-কাঙ
কংলৈ লমথা-তম
হোরি মিংলেন শোম্রা
ফুশিম্নরবদা, থামরন চবুক-থায়না
ঔবা পম্নিং-থায়না
কাংথং কাংজাইবগুম থুখাইরে।
থাম্রন লানমী অথৌবা
থোংফেন লানশোক মাইয়োক য়াঙমদবশিংবু
টিমেন টাকোম-থুম
মালেম লয়্ফাউ তুনা থিনথুরে।
তাঙজা লুম্রেন-কক্
লাল্লু চোমাই কোয়না
লাইরেন সনা মখোঙ-থাদা কংলরে।
লাইরেন মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা
ময়ু খোইমোম লাইম্নিংথৌদা
চীংঙু মরল-কুগী
খোইয়ুম নখোজান্দগী
লানফম য়াইফ থোইরে
হায়না হরাউজখিয়ে।

ঔরা লাঙ্গোই মখুনেং
লেপা, খেংপু, খমজেং
কোনচাইবা, শামু মঙাইরোয়দগী
লাংগোই খোইনা লুরাংববু
ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ
চীংঙু তাইবং খায়বদা-
হাননা নেংহললে হায়দবরা ?
ময়িম থামরন মনিল-নাইবা
ঔবা তানা তাবদি
তময়া লোকমাও খুদিংদা
শীংবী থরোন পৈগুম্না
মৌবী পোংশঙ্ য়ানবা
য়েনদেম থরাম শোইগুম্নবগী
থামরন লানশি ঈনা
শিংলেন লৈ মহী
লৈরাং নাওই-তোংনা
মপাল ঙাঙ্না শাবহুগুম্বরু
খোয়মা নাত-শিংতগা
পামেল উদা-পক্
ঈঙাং পামফেন্না
ঈমু পাকৃতরুববগী
থামরন লানথোং কায়না
ঔরা লানশোক ঙম্রবদা।
ঔবা লানচিংলেন, মংত্র কেংতুং-ঙম্বনা
লাইরেন সনা মখুংপাকক্কী

থরাই লাইশেংনবা
থোম্মবুং মরোৌ চাউনা
য়াথং অমেঙ্বনা শাউমেন্জরকয়ে।
১ পাইরৌরেম চৌফা-হৌ
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ!
সনা চাংদোন-লেনগুম্ব-ও!
ঔরা ঐবু নমান তয়ফা
রাঙম্লোন, চক্পা মথাউ-গুম্বিগী
মপারীনে, মপুম লানশোক্লবগী
লানফম লঙজ-থোইবা অসিবু
কনবি-ও! থামরন ঐথোয়বু
তরা চেংজেল-তাম্
নোইমু থুমজেন-বাৎ
লেমলৈ ঙাচেন তিংলে।
পাইরৌরেম, অবাং পোইরৈ মৈতৈ
নিংথৌও! পোইরৈ য়িপুম পুমলিগুম্
চেংলৌ শক্উনসে হায়বম্
থৌরম কারন্ চন্বা
হুয়েন লানশোক্লশিল্লবগী
পুকনিং শোঙ্কী চঙ্লে।
নয়িম পোইরৈ মৈতৈগী
তরা চেং-মচং
লেমলৈ শরেং-ঙা অত্তেকপা
নোইমু থুম-ময়োন
বাংলৈ অয়াকপা।

হাউদৈ অথুম্বরু পিরক-ও !
নমান তমফা বাংওমলোন
চক্‌প মথাউ ওম্বীদা পাউদমুগে।
থামরন ইপুওয়ায়দা
পোইরৈ নখোজানবু বা· শিন্নরুগে
হায়না পুনেমজরকপা-বাগী
লাইরেন মৈদিংগু
থৌজাল লনকু-চাউবনা
তয়া চেংকোক মশীঙ-থিঙম্‌দা
নোইন্থু থুমজা মাইঙৌ-বী
পুলম্‌ ঙাপোল মশীঙ-য়াম
লেমলৈ ঙাপোৎ-শেম
বাংলৈ অয়াকপা
হাউদৈ অথুম্ববু
খরুঙ্‌ নাকথং-লোন
পোৎলেন শাশম-পুনা
থামরন মথুৎপাক্তা পিজখিয়ে।
ময়িম ঔবা মনিল নাইবদি
অহিং ইন্নুং শোইয়াই-মদা
খোইফু মহুম চাইগুম
হুয়েন লানচেনখিরে হায়দবরা ?
হুয়েন লাননিঙ্গীদি, বাংজিং লোকচাউ-য়িম্বী
ঔবা কেংমু-চা
থামরন চৌথাপ লানজিংবা
থাম্বী ফরাংচিনা,

পুঙ্গুং মণ্ডাল মাইবা
সনা য়েমপাক তুপ.পবু কায়না হুল্লে।
চাখা শলুংথেনগী চুঙ্গোয়,
লিশিং অমা খোমলোয়ে।
শিথোং লোনয়াম-প্যাংকী
শেনবি তরুং থাঙশূবরু হৈরোয়ে।
খোয়মা লাংচাইপোক্কী
লাঙ্গোই শাপোং তাইবু লোকলোয়ে।
কাকোল নোংদম য়িগী সংসো
উতির লানচিংবরু হৈরোয়ে।
থামরন চীংকারমগী
শেনবি তরুং থাঙ.বু
থাঙ.লেন চুমবুল শানা খোমলোয়ে।
হৈরোক অচনবদগী শগোল,
লিশিং অমা খোমলোয়ে।
লেমলৈ ঙারোথেনগী
শেনবী কাত্রং-চা
অত্রাং থাঙ.শূববু হৈরোয়ে।
চিপি লোক্লাউপুংগী
চোয়নো সনা চৈরৈ ফিবু
লিশিং অমা খোমলোয়ে।
মরিং চীংগারমগী ঔরা
ফুলাই তরামঙা লোকলোয়ে।
মরিং পোংবলোগী ফিমেন
টাবুল চা তরামরি খোমলোয়ে

রাংজিং লোকলুখুমগী
শেনবি তরেংচা চৌথাপ লানচিংবা
থাকী ফয়াংচিনা পুন্নুং মঙাল-নাইবা
লাঙ্গোই শগোল তোংববু ফারোয়ে।
মরিংখান ম্রিথৈখোংগী
লুরাই কাই-শু, ঔরা
হুন্নাই তোংববু কায়না হুললোয়ে।
খোইবু চৌংগারমগী, সনা
য়েমপাক লিশিং অমা খোমলোয়ে।
হেমবা রাবা চৌংগী
ঔরা তরা চাকফু নাইপুববু
লিশিং অমা খোমলোয়ে।
রায়রং নোংজুবি চৌংগী
লাঙ্গোই লেপাখোংতা
পুথম তেজোং য়াইপম্নচিংনা
শামু কুনথ্রা লোকলোয়ে।
লাইরেম শেনবি থাগেম্বা পলেন-য়ায়্
ঔরা তেজোল মাঙ্গী
কেংতুংঙম্বা মথংগী লাকয়ান্দা
মিংসনা লৈতরেং চিনববু
কায়না হুললোয়ে।
অহুনোংগীধু লাইরেম মৈদিংঙু
থোংনাং ময়াম্বা,
খোইবু চৌংগায়মদা তেন্শিঙ্বা
লোইবি থোংনাংশন্দা থৌদোংবা

থামরন তেঙ্গোন মাপল্ চায়্বা
লাঙ্গোই শাচাক্টি ওকুপ্‌া
ঔবা চৌথাপ্ লানচিংবা
ন্‌ানৃত ক্রথাঙ্ অথোবরু
কায়না হন্‌ব-ঌ তৌনা কৌয়ে।

# অনিঙ্গবা পন্দুপ

থামরন * মংত্র কেংতুং ওম্বগী
তেঙ্গোল মাপল্ মাবু
ঔরা লানশোক ওম্রবদা
লাইরেন মৈদিংঙু দি
লান্ফম থাম্বী মৈশা-লাংনা
শোক্লরবগী হুম্মাং শেনকোই-য়িবু তাক্ত
নাকলো নমথুম্র-য়িবু কংদরিঙৈদা
হাউরৈ নোংচূপ থানা পাংবরমগী
তথেল লান্থোং ঙাক্লোবা
খোমা চোংথাম-চা
লুরাং খুমস্থেমবগা
শকথি নাউরোইবগা
মাথোয় অহুম্মানা
খোঙ্লোয় পাউহন্বদা হায়্জরক্য়ে।
লাইরেন মৈদিংঙু ইবুংঙো তাবিয়ো,
থোংনাং মনিল নাইবা
তথেল তানা তাবদি
থবা য়োইকৌ-চীংবু
পুরুম্পন্ চীংয়াই থায়্থংলক্লবগী
লান্শোক থম্থেংননা শোক্লববু
তথেল মমায়্ লয়্বিদনা
তাংজা লিলা-থৌগুম
ময়িনশিল্লকলে, থোংনাং তথেনপন্দা
থাঙ্লেন খুংনা ফংনা

---

* মংত্র—মন্দলে।

য়াম্নবম্নুং লানঙ্কম চয়্রৎপিদে।
শকুলেন টাবান শাগুম
ময়িনশিল্লক্লবগী পোইরৈ
লানথোং কায়রে, নুঙৱী খুনাল-য়ান্
তিংখং থোঙ্য়ু তোয়রে।
নদাইরেম ঐথোয়দি
মাইয়োক য়াঙমদ্রে
লাইরেন সনা ননিল্-ওনবু
য়াঙ্না নোংদম্বিরক্-ও
হায়না থৌশীরকপবু
লাইরেন সনা মখোঙ-খাদা
রায়থুংলুরে। মৈদিংঙু,
নোংপোক রায়রং পামহৈবা
খামরন্ তেঙ্গোল চায়বা
লাঙ্গোই শাচাউ লোকপনা।
ইদাইরেম পোইরৈ লৈবাক-কোয়বা
অথম মীপোকপা অথো লাঙ্গোনবা
পোইরৈ লানমী অথৌবা
থিংলৌ কাউ তমথা-যনগুম্বা
রায়্রা নমবো তেন্দোংম্নুংগী
ফুং লমঙম্ তেনগুম্বশিংও!
নোংচুপ খানা পাংবরমগী
ময়িম থোংনাং তখেল মনিল নাইবন।
লানঙ্কম মমায় ওনবিদে
লেমলৈ ঙায়িন ঈনগুম

ময়িনশিল্লকলে হায়বা অসিবু
থোংনাং মাইয়োক-য়া
তখেল থা-ফংননা
থাঙ্‌লেন খুৎনা ফংনা
য়াম্নদরিবদি অরা ঐথায়বু
হুইরাং শোনফরোইয়ে।
ঔরা লাল্লোইমবু ফাববু
লানফম মৈশা লাংনা শোক্লবগী
হুম্মাং শেনকোই-য়িবু তাক্তা
টিমেন চোঙাং কংদা
খুৎতুম ঈঙাং কোক্তরিয়ে
হায়না রাওইফরোইয়ে।
ইদাইরেম কৈবিরাম সিংহ
লোইনাই অহল্লুপ লাকপা,
অকোং হাউবম চা
লান্‌ফম উন্‌বি পুক্লিং চৌক্লবা,
পোইরৈ মালেম লৈবাক-কোযবা
পুম্নমানা, তাংজা ইকাইথুম্না
লোয়্‌নবা, নঙ্‌না পোইরৈ
পানা মখি মাবু
হুয়েন লান্‌থোং শুপ্ন-চিংনা
রাংঙম্ তেঙ্গোললেন অসিদগী
তখেল মাইয়োক্লনা, হুয়েন
লানশোক্লরুও হায়না পাউমেনখিয়ে।

---

* লানফম উনবি পুক্লিং চৌক্লবা—লান্দা পুক্লিং তপ্পবা, ঙাইরোইননা—লোয়্‌নননা

লাইরেন কোন্নো ননোংথৌ ঐদি
গুরু স্বামীজী থোইথোইবগা
ইয়ু থোইয়ুম লাইয়িংথৌ
চীংঙ্ তাইবং থায়বা
য়াইফ লনকু চাউবগা—
ঙাইরোইননা, পোইরৈ সনাপুঙদা
রায়থুংলুখিগে হায়না পাউমেল্লবগা,
লানমী থয়াং কোন্দাই লোনবা
পুন্নমাদি পোইরৈ সেনাপতি
কৈবিরাম সিং, অকোং হাউবম-চানচিংনা
খেনলেন মতম অফবা
মেহেনত্র খোঙশাল ফবদা
লাইরেন সনা মখোঙ-খাদগী
লানফম খোঙশানুখিরে হায়দবরা ?
লাইরেন মৈদিংঙুসু,
ঔরা লালু মাঙওইনা
লাঙোই শগোল শামু মরেং-শীল্
রানতং ফৌ বু ষণবু মশীং থিঙমদা
টিমেন টাবুল-শা
থাঙলেন চোম্বুল মশীং থিঙম্দা
চুঙগোই পৌতোং-য়াল
কামার নোংমৈ মপুম্ পাঙমদনা
* লাইরেন নোংশা খুমল্-হল্
তুবি থিংলো নিঙনা-ত্রেনা

* মৈদিংঙুনা নোংশানা খুদুং হনবগুম সনা পুন্নিং ইঙ না

পোইরৈ সনা পুঙদা
বায়্থুংলরে হায়্দবরা ।
ঔরা লালু মশীঙ থিঙমদবদি
ময়ু লাইরেন লোইয়ুম্বা
চেংজা নুঙোয়বিদা
হুয়েন লালু চল্লে ।
লাইরেন মৈদিংঙু্দি,
সনা য়োইকোন্-মুং
শঙাই মকোনলোয়দা য়াচংথিরে ।
য়োইবু মশানৌ খয়োইরোন
শেনবি পাংকা ওম্বীদা
ঔরা লানশোক অচৌবা
কোয়ৌ থমনোংখোং ·
নোংলেন মখোঙ ফুইনা চুরবগা
মালেম লয়বু নিকৃপত্থুগুম্ববু
খোংফেল লানশোক তমথিবদা
চীংঙু অরলকুগী লানফম
ময়াই ফারকপগু পাউদমলে ।
য়োইবু মশানৌনচিংনা
য়োইহৈ শলাই মঙামা
নোংয়িল লৈরীক চিনগুম্বী
পুন্নমানা, লাইরেন সনা
য়াথংবু পুনরবগা, লাইরেন
মৈদিংঙু ইবুংঙো তাবিয়ো ।
নিংথৌ থয়াং নথোমনুনা

লানকম মিপা খোক্লকপা
অসিবু নত্তৱিগীদি
য়োইবু চাইৱন্-তা
য়োইহৈ খোংফাং লেংবী
ঐখোয়দি থুমনাউ পি-মাঙ্না
য়েন্নাউ পি-খি খঙদবান্থুগুমডৌনে
হায়না অৱা পুক্লিং চন্না লৈঙম্লে।
নদাইৱেম পোইরৈ লৈবাক পুম্নমাক্থু
কৌজেং য়াম্না মীচীক্তা
থিংবা য়াম্না লাংতক্লনা
মী-ষণ লৌকুম-দা
মীনাই লৌতা-দনা
তুম্থুং লংনা পুনগুম
পুক্লিং ম্রিরৈ চনগুম্না
মিপাই কোক-ঈ কাঙম্লে।
চীংঙু মৱলকুগী
য়াইফৱকুপা অসিবু
পুকনিং খোয়্না হৱাউরে,
হায়না পাউমেন্নৱে।
নদাইৱেম পোইরৈ নমু
মীশীঙ থিঙম্দবা পুম্নমাদি
তৱা লৌচেন পোংখোংঙমদবগু
ম্নাঙ্লো লম্থাংমদগী
পামেল উখোং খান্দা
অৱা পোথা মতম্গুম

নিংথৌ সনা চোঙ্লেন্ থান্বা
অমদি, ল্যানখোক ঙম্নবগী
কোরৌ নোংমা নিনিদি
পুক্নিং অৱা কোক্নলে
হায়না পাঙ্থমেনজখিয়ে হায়দবরা ?
অসাইঙৈগী, পোইরৈ সেনাপতি
লোইনাই অহল্লুপ লাক্পনচিংনা
পোইরৈ লানমী পুম্নমাদি
লৌশি ম্নিয়া-তেপ
থম্লান ম্নিমৈ-শম্
সেংবাই থোং-মৈ লাননা
নোংমোইদু অহোঙবী
তুশাকোন, ঙাংঙোই য়োইমোংবা
তুদেংকোনবু কৈনা-শম্
নোংয়াই লৌরেন-কান্
অতোন ফৌকাক চাঙ্উদগী
বাকয়ৈ থোঙওইননা
লোক্তাক ম্নিয়াই-শম্
পোইরৈ লানমী কোঙ্গায়্না
শম্ মথোঙ্ লমচংপনা
লফু কুম্তুম-শোয়্
কেগে খোয়্রিভাক
মোইরাং নোংকাং খোংবু কৈনা-শম্
কৈপুল লম্মহলবু নমদা-হন্
পোইরৈ লানমী অখোৱা

খোংলম য়িরম চংপা পুয়মাদি
কেগে খীঙ্জা কাক্কাগী
পোইরৈ তেজোললেন্দা বায়থুংলুরে।
বাংভম অথৌলিচা হেপ্পা
লানকম মাইয়োক-য়া
অবা মৈশা-লাং
হুয়েন লানশোকভম্বশিংদি
তেজোল লালোই'মবু কায়বগী
পোইরৈ মরাঙ-ছৌ
বাংভম মথি নাইরে।
তখেল লানশোক্কয়বদা
শায়বা কিয়ান্বা
তিংথং খোঙচংবা
লানকম শৈনাইভম্বশিংবু
পোইরৈ সেনাপ্তি
হুয়েন লানচিংলেন
লোইনাই অহল্লুপ লাকপনা
তয়া চাক-পিজ-রে
চৈরৈ কি পিনৈয়ে।
উম্বিং লোয়ামবিচা লৌকুয়া
খোয়্মা লাংদোন চোয়্ন-দা
পোন্বি বা-শোইবোনভম
চানা লাংখোং লিংনা লাইশেংজরকপা
ম্যালেম তিম্ব্রাকথিবু
ভয়া চাক ওইননা য়োই-ওইরকপা

কোরৌ সুমিং তরেংনি
মাপলনিদা রাইথুংলবশিংবু
পনথৌ লেপলৌ শিনুগুম
লাংকোনবিরে হায়দবমা ?
ময়িম থোংনাং মনিল-নাইবসুং
কেগে লমলেন মদাইমা
লোকলৌ অচনবদা
থোংনাং তেংগোন লিংলরে
পোইরৈ লানচিংলেন
অকোং হাউবম-চানা পান্টমেনথিয়ে।
মৈদিংঙ মদাইরেম,
থোংনাং তথেল মৃরমব
কবো ঙাংশবু-ও!
ময়িম থোংনাং মনিল নাইবা
তথেল তানা তাবনা
হুয়েন লাল্হৌরকৃপা অসিবু
রারম করি লৈবগীনো ?
থোংনাং তথেন নঙ্বু ইঙাইরেননে
পোইরৈ ঙাইনোংশাং মহাকনে
হুয়েন লানশোক্লগুমুসে
থিংলৌ নিঙ্না তেনা
হল্রাইথিও হায়্না পাউমেল্লু-ঙ!
তথেল হুয়েন লানচিংলকৃপসুং
কনানো, চেংলৌ মশক্ থঙ্লকৃও!
হায়না তথেল তেংগোম লেন্দা

থৌশীশিনখিরে।
থোংনাং তখেন মরমবু
কবো ঙাংশাবজি
অকি পুক্লিং লৈতনা
থোংনাং তেংগোললেন্দা চঙ্খিরে।
ছত্রজিৎ নারল লানচিংবনা
মৈদিংঙু মদাইরেম,
থোংনাং তখেল ইরমবু
কবো ঙাংশব-ও!
বাখম করিগী লাকপনো
হায়না পাউহংঙময়ে।
কবো ঙাংশবনা পাউখুমখিয়ে।
হোয়দা থোংনাং লানজিংবা
ছত্রজিৎ নারন-অথোব-ও!
থোংনাং নখোয়্না নখিনাই
তখেল মরাঙ্ হৌনা
পোইরৈ তমদা তারকৃপা অসিবু
বারম করি লৈবগীনো
হায়না থৌশীরকয়ে
হায়না পাউখুমবদা
ছত্রজিৎ নারল লানজিংবনা
বাহমলকুয়ে।
থোংনাং ইরমবু কবো ঙাংশব-ও!
লহান্নোং থোংনাং তখেল্ মনিল্-নাইবনা
খারম লম্বাল থৌরুঙৈ

লাইজা য়িংতুয়া তুখু মতমপাঙ্গা
নয়িম পোইরৈ মৈতৈনা
ছুলাই লেংবু য়ানুথেকনোং
লাঙ্গোই মোইশা য়াবু মুলুহৌ-বা
বাংলেন পুঙমায় য়ানফংনোংগীবু লৈবনে,
অচুম্বুং মদোমদে।
লাইরিক ভাগবত-বাগী
তেখাউ ঙাইওইনগে হায়ৈদম্বুং
থোংনাং তখেল ঐবু
য়াংলো লমথাং পোংথিল-লোই
লাঙ্গোই শাথিল-লোইবু ওইনগে
হায়না শংলো থোরাংনোংগীবু লৈবনে।
বামোন শ্রীস্বরূপানন্দ হুঞ্জবগা
তখেল পাঙল মরমবুগা
অনিমাবু পিরক-ও হায়ববু
শীবিরক্তব-বাগী, তখেল ইনিংথৌনা
পোইরৈ তমদা তানা
লোকতাক খোঙনা-ফং
হয়কক নারেং-হেক
থাংজিং কেপাক পোনচেং-শা
পোইরৈ অবাক-তমনা পনথেংলু-ও!
থাইনা থোংনাং তখেল ইপুরোইদম্বুং
মোইরাং মনিল নাইবদি
য়েম্বাক ঐশী ঙাপাল-লোইনে।
মরোঙ চুঙগা য়াউনা

মোইরাং তন্‌না লম্‌চল্লমঙ ।
খোইরোই, খোংয়া, কুম্ভিতোলোং
পূম্নমাক্ খোমশিল্লক-ও-হায়্‌রকূয়ে
হায়না পাউমেন্‌লকয়ে।
পোইরৈ সেনাপতি
লোইনাই অহল্লপ্ লাকপা
নঙগী কোলোয় নয়াথংবু
তখেল নঙবু ঙাইনোংশাং
পোইরৈ ইঙাইরেননে ।
রাংঙম তমদা তানা
হলবাইখিও চায়না
পাউমেল্লুববু, থোংনাং
তখেল ইনোংথোম্নীদমকপু
লাঙ্গোই শগোল তরানে
হুয়েন লানজিংবা
ঐখোয় অহুম্মাগীসু
কোরৌ নোং শগোল মঙা
লাঙ্গোই শগোল তরামঙা
অসিবু পিরক্লবদি
পোইরৈ তমদা তাদনা
তন্না হলবাইখিগে হায়্‌রকূয়ে ।
হুয়েন লানজিংবসুং
ছত্রজিং লানজিংবা
যশো নারজ অথোবা
ভীমবল অকনবা

মাখোয় অহুম্মানচিংনা .
থোংনাং লানমী অচওবা
ওকলেন তোমচৎ কাউওম্ববু
মশীঙ, থিঙমদনা লাকৃয়ে
হায়না কবো ঙাংশবনা
পোইখৈ তেঙ্গোললেন্দা
পাউদম্লববু, লোইনাই অহল্লুপ-লাকপা,
লানফম পুক্লিং তপ্লবনা থাহমখিয়ে।
মৈদিংঙু মদাইরেম
কবো ঙাংশব-ও !
কোলোয় নয়াথংনা
থোংনাং লানমী অথোবা
ওকলেন তোমচৎ কাউওম্বা
লানফম মমায় লয়দবা
মশেন্না হুয়েন লানজিংলকৃয়ে।
পুকনিং লাইরেক চন্‌ফরোই
হায়না পাউমেল্লকপা অসিদি
পোইরৈ লানমী পুম্নমানা
উন্‌বি পুকনিং লাঙতক্লা
লানশোক অতন্ চওলগনে
হায়না পাউমেল্লবদা
পোইরৈ সেনাপতি
অকোং হাউবম-চা
পায়মা লিল্লাং শাংবনা
থোংনাং তখেল ময়াঙংবু

চীংঙ্ লাইরিক ইনা
লাইরেন সনা মখোঙ-খাদা
খোঙলোয় খৌশীরকয়ে।
লাইরেন মৈদিংঙু দি
কংলৈ পূঙ্ ময়োল
চোয়নৌ সনা কৈথেন্দা
তুবি লাঙ্গোই খোঙওইনা
কাঙ্জৈ ছমতং শান্নওম্বদা
লাঙ্গোই খোঙওইনা থায়থুংলরে।
সনা যোইকোম্নংদা য়াচংখিরে।
মযু লাইরেন নাউফংবা
লমথক শারোন-পূঙ
তিঙ্ঙি রাফোংলাক
লাবা পোংবৈফম
কংলা থোন তরেৎ
থোনলাং মৈদা ফমফম্নবগা
কংলা য়াইবুং থীনুনা
পোইরৈ লয়্পাক কোয়বা
পূম্নমাবু পাউকৌথংলে
থাংওম পুম্না তিল্লবদা
লাইরেন মৈদিংঙু শঙ্করদেব
খোংনাং ময়াম্বনা,
চিনবাল কাঙমৈ থু
ক: য়াচু শায়না পাউমেল্লকয়ে।
ইপোইরৈ অথৌলিচা হেল্লা

বাংওম থয়াং কোন্দাই-লোনবা
ফমথৌ ইঙাইরোই
লাইরেন নিংথৌ ইহীশাং-ও।
থোংনাং তখেল মনিল নাইবদি
থংচি উপিতরা মৈশুম
লানফম মৈশা লাংয়ে,
চকমোম বাৈমে চাক্কুম
ময়িনশিল্লকয়ে হায়দা
ঠাকুর বামোন হুজবগা
থোংনাং মরমরু
পাঙল লমজিংবগা অনিমাবু
পিরক্কে হায়বগী
পোইরৈ মথৈ ফংনা
পস্থেংগে হায়না
হুয়েন লালহৌরকয়ে হায়রে।
পোইরৈ তমদা তাদনা
হলবাইখিরো হায়রবদি
লাঙ্গোই শগোল তরামঙাবু
পিরক্ও হায়না পাউমেনলকয়ে
হায়রে, অতুম্বং মদোমদে।
লমলেন চিপি লোক্লাউপুংদা
থামরন জেঙ্গোল মাপল মাবু
মৌবী পোংশং য়ানশুম
ঔরা লানশোক তমখিরবনস্থং
হুয়েন লানহৌরকখিবনা

থিংলৌ নিঙ্‌না তেম্বা
ঔবা অমরক্ লালহৌরকপবু
থাম্বিং ঙাবংম্বানবু য়োরকহিকনে হায়রে।
শংলৌ করম খৌরাংশিবনো
নিংথৌ লনা চোঙ্‌লেন থানবা
অমদি শানৃত্তাইননা
লাঙ্গোই শগোল পীনা
লোইহাথোকসি হায়বরা
লানশোক ঐথোয়বু বামল্লে।
হকচাং শৈনাষ্ট-য়াম
লোকলৌ নংখুম-য়িবু কং-দ
ছমমাং শেনকোই ঈবু তাক্তরিয়ে।
লয়্‌পাক ইমাম্নবা অনিমা
মাহাক্তা সনা চংলৈ-লেম
লুপা থেনমাই লাংনা
লাঙ্গোই শগোল পীনা
লোইহারসে চায়বরা?
পায়মা নঙ্‌খোয়গী উনকোয়মুংদা
পুকনিং চিংন-লৈজনা
পাউখুম্নকও হায়না পাউহংববু
পোইরৈ লয়্‌পাক কোম্নবা
কায়নৌ লমশংপানগুম
য়াকা-বা পুম্নমানা পাউখুমদরিঙৈ
রামচরন সিং, খম্বা, বায়েনবনা
অহল্ল মতম-গুই

মানলৈ চিংওল্লবনা
হৈ-না পাউখুমখিয়ে।
লাইরেন কোয়ৌ ইপোংখৌ!
তাইবং শোরারেন, নমু পোংহনুব-ও!
ময়িম থোংনাং মনিল-নাইবদা
লাঙ্গোই শগোল পীনা
লোইহাসে হায়বা অসিবু
নয়ু মৈদিংঙু
লাইরেন শেনবি থাগেম্বা
সনা মহাকথক্তা
থোংনাং মনিল নাইবা
ময়াং তানা তাবনা
পোইরৈ তমদা তারকয়ে।
লমলেন্ মদাইমা
হুয়েন য়াঙ্গোইপুং
লিক্লাঙ্ ভরোং পরেং কেল
খুরোইবা থিংবাকোন্দা
থোংনাং লানয়াম-তু,
লাঙ্গোই শাচা-লোক
লালু কোকলেন-পৈ
ময়াং অচঙ্বা লিশিং খোম্না
হুয়েন লানশোক ওমলো-য়ে।
(ময়াং লাইঙ্গিং নিংথৌগা
থোংনাং ভখেল নিংথৌগা

অনিমাদি

ময়াং লাইজিং নিংথৌনা
পাঙ্গল শামা হেনলে।
থোংনাং তখেল নিংথৌনা
পাঙ্গল শামা ঝাৎলে।
তখেল মঙোন্দদি
করিগী লোইহাশিবনো?
ময়াং লাইজিং নিংথৌবু
তাংজা ঐখোয়গী ইকাইয়ে।
নয়ু মৈদিংঙু
লাইরেন শেনবি খাগেম্বগী
কোলোয় মমিংলেনবু
হুইয়াই পোনবি শেনকোই লুয়ে।
মচেং কায়রৈ য়েনবুম অমত্তসুং
পৌনচেং লাইচম খণনা
থোংনাং মখুৎপাক্তা পিখিনিংদে।
নদাইরেম ঐবু হন্নু ইয়াই-কা
করোঙ্ পানবৈ নীক্লবন্থ
তন্‌বা শমু ইখুদোনবু
মালেম লয়দা-ফুম
তিংথৌ মরা পায়না
থোংনাং মাইয়োক য়ানা
থাঙ্লেন থুৎনা ফংনা য়াম্নরুগে,
তয়ম্ ঐ খোয়মা ইমায় ওললোই।
য়ামচেং ইনম মুক্লোই
হায়না ঝাকৎচরবদা।

লাইরেন মৈদিংঙ্না
ইদাইরেম নখোয়গী
কোলোয় নয়াথং অসিবু
তন্বা নত্তিকনে, তৌইগুম
পোইরৈ সেনাপতি
অকোং হাউবমচা-নচিংনা
তখেল মাইয়োক য়াম্বিবা
পোইরৈ লানমী পুম্নমানা
বাথল্লকুগুনো। লাইরেন
সনা ইয়াথং অসিবু
পোইরৈ তেঙ্গোন্দা পিখিসে
হায়না কোংয়াং বাম্নি-খেং
চৌংঙ্ লাইরিক থুদিং পিখিরে।
লমলেন শীঙ্চা কুবাক্তা
মোইরাং থম্বাল নোংশাম্নৌ
পোইরৈ তেঙ্গোল্-লেন্দা
খোঙ্লোয় বায়থুংলুম্নবদা
লোইনাই অহল্লুপ লাকপনচিংনা
পোইরৈ লানমী পুম্নমাদি
কায়নৌ লমশংপান্গুম ফম্ফম্নবদা
লাইরেন সনা ময়াথং
কোংয়াং বাম্নি খেংলববু
পকৃতি ময়েল-শীনা পাম্নবদা
পোইরৈ লানমী পুম্নমানা
নিঙ্থম্নখিয়ে। লাইরেন মৈদিংঙ্

থোংনাং ময়াম্বগী
নিংথৌ সনা ময়াখং অসিব
পোইরৈ মীপুক-হুম
বাংওম মীয়ৌ য়েংলক্পনবিভৈঙনে।
থোংনাং অখেল খুংনা ফংনা
য়াম্নসে হায়বসু
থংচি উপিতবা মৈগুম
লানফম মৈশা কলুক্লে।
সনা চংলৈলেম
লুপা থেনমায়-লাং
লাজোই শংগোল পীনা
লোইহাম্নসে হায়বসুং
লাইরেন কোয়ৌ ইনোংথৌবু
শোঙ্‌কীয়ে হায়না
পোইরৈ অথৌজিচা হেল্লা
বাংওম থম্মাং কোন্দাই লোনবশিংদি
তুম্মুং লংলা পুম্নবশী
শূনা থুয়ৌ য়েংনা
লংলা মচিন খিথংদবহুগুমলে।
লাজোই থৌমন্দববু
কাক্তি লুরেন-য়ান্
নাহুম থোঙ্‌কাঙ-থোই
পানুবা কৈরেন থোঙ্‌খুল
নমুনা থৌজিনববু
লাজোই লুতোন-হাই

শামু নিঙ্‌চিংননা
থাঙ্‌বহুগুমলে। পোইরৈ
সেনাপতি অকোং হাউবম-চানা
হান্‌না য়াশকুলকুয়ে।
থোংনাং মনিল নাইবা
ভখেল তানা তাববু
থাঙ্‌লেন খুৎনা ফংনা য়াম্নগে।
থোয়না ইমায় ওল্লোই।
তাংজা লূরেন-কায়
নাকলু মোইফাং শমথৎলবসুং
লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ
থোংনাং ময়াম্বনা
অমনু শংলৌ-লুতিনবিরকৈঙেনে
হায়না ভনুবা কাচক-হৌ
কৈরা টাবু খিঙ্‌না
থৌথোংলবদা মৈদিংঙু
মদাইরেম(হোংঙাই)সনসম-চা
লোইনাই নাহাক্লপ লাকুপনা
পোইরৈ লানমী চয়্‌রক-থায়
শয়েং পানবু-ভিং, ভনুবা
কোলোয় মমিং থা-না
য়াশকথিয়ে। ঐনে
লাইরেন মৈদিংঙু মদাইরেম
হোংঙাই সনসম-চা
ভনথম য়ুঙম চজা-নবা

শেনবি কনতৌ ম্লোংকুম
মুংকন্নবা নিপানে।
তনূবা খোয়মা ইমায় ওল্লোই।
খোংনাং খুংনা কংনা য়ায়গে,
চীঙ্ থংচীংলাইনা কুণ্ডনো!
অম্লুম থৌদোংলবদা
লানমী থয়াং কোন্দাইলোনবা
লানকম মমায় ওন্দবশিংমুং
পাঙ্গল মতিক মতিক য়েংনা
মদোম মদোম য়াশক্লখিয়ে হায়দবরা?
খোংমী মরোংচুংহুললোই
লৌমী তরা চাপ্লোইশিংনা
পোইরৈ চীন-ওক্লা
য়াংঙম চীনদিন্না
নাপ্প লোনহায়ননা
য়াতানৈয়ে।
বামন নমু মীপ্পম-মাগীদমকপু
পোইরৈ লয়্খোঙ্কায়
য়াংঙম করম চেপ্পা হাইশিবনো?
বামোন স্বরূপানন্দ হুঞ্জবা
অসিন্সুং শমু খুংকম-থিনা;
খোংনাং মথুং-পাক্তা
পিথোক্লসে হায়না পাউমেল্লববু
লোইনাই অহল্লুপ লাকপা
অকোং হাউবমচানা নাত্তারবগী

ব্রাহ্মোণ বামোন হঙববু
শমু খুৎকম খিনা
তখেল মথুৎপাক্তা শিথোক্‌থিরবদি।
পোইরৈ মীপুক খঙঙমদে
লাইরেন মৈদিংগুনা রাতাথিরগনে
হায়না অন্থম নিঙখল্লবগী
লোইনাই অহল্লুপ লাকপনা
খোয়বুং মরৌ চাউনা পাউমেনথিয়ে।
হে ঠাকুর বামোন হঙবা!
ব্রাহ্মোণ মতিক নম্ভে হায়না
বারৌবিগুনো, লাইরেন সনা মখোঙ-খাদা
মন্ত্রনা রাতা-নবিরুও।
ময়িম থোংনাং মনিল নাইবদি
ওকলেন টাবাল শাগুমলে,
খোয়মা মমায় লয়্‌বিদে
লাংবন মিকা ঙানা
লৌখোং অথুবদা, লেমলৈ
পাক্লা হাখৎলকপত্থুগুম্ববু ময়িল্লকলে।
লাইজা মিছল কনবদা
খোংকৈ চীরোল-চল
শীংউৎ নাচুং য়েনা
থৌখাম্ববু
লাইজা মিছল কনবগী
খোংকৈ চীরোল তেক্লা
থৌখাম ঙমদবহুগুম্ববু

থোংনাং মরাঙ হৌনা
    য়িনশিন্নকপগী
ভখেল্ মাইয়োক য়াঙমদা
পোইরৈ লোংনা হনুনা
হুয়েন লানজেনগে তৌগুমলে।
লাইরেন সনা নখোঙ
লেঙবিরকও হায়না য়াকংপিরুও
বামোন হঞ্জববু থৌশীথংলকয়ে।
লাইরেল মৈদিংঙু
কোরৌ নোংশাবাইগুম্বদি
অয়ুক য়াকৈ হৌ চামৈ-য়াংনা
চোয়নৌ সনা কৈথেললেন
ইলকাই শারেন শায়েন-পুঙ
পোইরৈ খুন-চমু য়াক্না মানবি
ভয়ম নাই-চমু
তেংনা মানুবি পুম্নমানা
নোইমু ময়ল-ওনুপুং
ভরেং শেল-মগী শেল-মা তোংবনু-পুঙ
চোয়নৌ সনা কৈথেললেন্দা
লাঙ্গোই থোঙগুইননা
কাঙজৈ হুমদং পাশা-নঙমবদা
ব্রাহ্মোণ বামোন হঞ্জবনা য়ায়থুংলুরে।
লাইরেন মৈদিংঙু
লৌশিং লাইজা য়িরেনপুংগুম্বনা
লানকম য়াইফ-য়াবু ওইরগীদি

ব্রাঙ্কোগ লাইওইনবা
অসিবু থৌশীরকলোই।
লানক্কম মথৌ অক্কমবা
লানক্কম মৈশা লাংববু
থোক্লকপগী লাল্লকপ-মরিঙৈনে।
পোইরৈ অপকৃমা পুন্নমাদা
শানফোং হান্হি য়োইয়ে
হায়বগী সনা য়োইকোনস্থং
কোস্থং অচনবদা য়াচংথিরে।
লাইরেন সনা মশঙ্গায়
শঙ্গায় মকোন-লোয়দা বাইথুংলবদা
বামোন স্বরুপানন্দ হুঞ্জববু
কোননা পাউকৌচিল্লকয়ে।
শ্রীস্বরুপানন্দ বামোন হুঞ্জবদি
অর্থাং কোরৌ নোংমদোন্দগী
বৃহস্পতি কোরৌ ম্নমিং শগোলশেলনা
চীংঙ্ ইন্দ্র সোরারেন্দা
বেদ লাইরিক থীগে য়াচংথিবগুম
লাইরেন সনা য়োইকোনস্থংদা চংথিরে।
লাইরেন মৈদিংঙ্
থোংনাং ময়াম্বনা
সনা কানদেং থানা কক্কল্লে।
সনা কাগোক্লংগী
তাম্বুল পান-ভগ্নাই-মাগা
কা স্থংদাই' মাগা

গুরু করপুর য়াউবনু
লাইরেন শয়ু খুংশিন্নবা
ব্রাহ্মোণ খুত্তা পিয়বদা
ঠাকুর শ্রীস্বরূপানন্দ ব্রাহ্মোণ
পণ্ডিত মকোই পাউনিংশিংবু-ও !
ব্রাহ্মোণ আচার্য্য ধর্ম্ম থোইথোইবনচিংবা
হোম যজ্ঞ কর্ম্ম করা
বেদ পুরাণ শ্রুতি আস্মৃতি
পূন্নমাবু খঙলিবা
কোয়ৌ মুমিং শগোলশেনগুরু-ও !
লানকম মত্তৌ করম ওইরবগী
লাক্লবনো হায়না পাউহংলবদা
হোয়দা, লাইরেন মৈদিংঙু !
মণিপুরস্য লৈমাবা শঙ্করদেব
থোংনাং ময়াম্বা, শ্রীশ্রীযুৎত্তো গম্ভিরনিরাজ
নোংপোক রায়রং পামহৈবা
ধ্বজ্রবস্ত অওম্বা
বলবস্ত পাঙ্গনবা
বুধবন্ত লৌশিংবা
পুণ্যবন্ত থোইথোইবা
ক্ষেমাবন্ত ওাকহৈবা
রাজ রাজেশ্বর নোংপাথং
ছত্রধার নোংথৌরেল-ও !
মরিম থোংমাং মনিলনাইবদি
থোয়মা মমায় লম্বিদে

খাম্বী মৈনোং খোংঙম
ময়িনশিল্লকরবগী
পোইরৈ লানমী পূমম্মানা
নমু মীপূম অমত্তগীবু
পোইরৈ লয়খোং-কায়
বাংঙম চেপ্পা হাইরগনে।
"ব্রাঙ্কোণ ঐবু
ভখেল মখুৎপাক্তা পিখোক্লশিবয়া
হায়না শংলৌ খৌরাংলবগী
নদাইরেম অহল্লুপ-লাকপা মদোম্মনা
পোইরৈ মীপুক খঙ্ঙমদে হায়বগী
খোঙলোয় খৌশী-বাঙম
লাইরেন সনা নখোং-খাদ্রা শীথৎলকয়ে।
পোইরৈ লানমী অয়াম্বদি
ভখেল মৈশা খাঙ্ঙমদবগী
লাইজা য়িরৈ চনঙম"
পুক্লিং লাঙতক্লরে।
নদাইরেম পোইরৈ সেনাপতি
অকোং হাউবমচা মদোম্মনা
নাচুং খোঙকৈ-ওই
লেম্না শোয়-উ ওইনা
ভাকচরিবা-মঙাইরে।
পোইরৈ লয়খোঙ-কায়
বাঙম চিদাই মাইববু
খোইনা লাংগনে।

ল্যাইরেন সনা নখোঙ
লেঙবিরকও হায়রবা ৱাকৎচরকয়ে।
অস্মুমা হুয়েন লানথাউ ভম্ববদা
লাইরেন মৈদিংঙু
কোরৌ নোংশীঙজঙগুম্বনা
ব্রাহ্মোণ লাইওইনবগী
পুকনিং শোঙ্কি চঙববু উরবগী
চীংখারম নোংলোন পাইগুমবা
খোইমোম নোংখৌরেলনা,
সনা চিনবাম্বোংগী নাউনৌবা
ব্রাহ্মোণ পণ্ডিত অথোইবা
নঙগুম্ববু হায়বদম্সুং
লাংবন কৌজেং-চোংবিচা অমত্তস্মুং
ভথেল মখুৎপাক্তা পিহিকলোইয়ে।
ইদাইরেম পোইরৈ লৈবাক কোইবা
ৱাংঙম লানমী পুম্নমানা
তুবি ঐগী শক্তিক লাননোং-ভম
থবা লাননোং থায়বু
নোংদম মতুং ইনবিদরবস্মুং
লাইরেন ঐবু চেংজা থাংঙমদা
থৌহ্ন পুঙমদবা নুংগুম্বা নোংখৌরেয়ে।
ভথেল নিংথৌ ইমান্-নবা
ঔবা নিংথৌ ইতিক্লববু
থাঙলেন থুৎনা ফংনা য়াম্নগে।
তুবি সনা ইহাকথক জাসিদদি

নিংখৌ ইমায়বা
সনা চোঙলেন-খানবা
কনাওম্বনা চওফরোইয়ে হায়না
পাউমেনববু না-তারবগী
ব্রাহ্মোণ বামোন হঞ্জবগী
উনবি পুরিং তখা হয়াউখিয়ে
লাইরেন মৈদিংঙুদি
ধর্ম্ম বীজরাজ বাথি-শঙদা
যাথোকলে।
কংলা য়াইবুং থীননা
পোইরৈ লয়পাক কোইবা
পুম্নমাবু পাউকৌথংলে।
বাংঙম পুম্নামানা তিন্নবদা
ইদাইরেম কমখৌ ইঙাইরোই
নিংখৌ ইহিকশাং
অরোংচা লাইফম থনবা
অপাউ-চা থাকম লাক্লৌ শীনবা
ইমাতোম্না পোকপা
লাইয়েন তোম্না য়েনবা
হয়্‌রাঙ্‌ ইয়ু-শা
তাউজিঙ্‌ ইহয়্‌ কোনগী
থাইচেং লেংনা তিনবা
লেমচেং লেংনা কাংবা
তনবা মীথন-থায়্ন
কৈন্না তানা কনবা।

শচিক লানেনাংতম্
থবা লানেনাং খায়বু খায়ৱোন্দবা
শায়বা পন্‌য়ৈথ
লাংথোং-য়িদা-শি
পনম্ খোময়ৈথায়ববু শোঙ্‌কিদবা
কোংয়াং বাশা-শৌ
লোকলৌ শৌরাইতাঙনা
থুয়া য়ৌরুম-মেন
ঈমু ক্বিরাক-শাববু নোঙাংদবা
লেমু খোঙ্‌লোয়-হুল
থংনং লয়চুম-কেল
তেনুবী খোইপাই-তম
কাময়নোংমৈ থোংকেনববু শৌপিংদবা
পানবা মখোংচোংবু লান্দা-নবা
কৈরেন উমবি-চাবু শাথৌনবশিংও !
থোংনাং মাইয়োক-য়া
তথেল থা-ফংননা
হুয়েন লানশোরুবদা
তনবা নবা-চাওম
পোইরৈ পুয়-খোননা
মালেম লয়পাক ঙাককে
হায়না নোংহামলিববু
কনানো হায়না পাউহংবদা
পোইরৈ লয়পাক পুয়মানা
পুক্লিং য়িরৈচল

উনবি পুক্নিং-লাংতক্পনা
পাউথুমদরিঙৈদঃ, পোৎশংবা
নমপোক চৈথংগী চক্রপানি
চেকশা তান্দে থাংজবা
তনবা মীথন থায়না
লাইরেন মৈদিংঙু,
সনা মথোং খাদা রাশকথিয়ে।
নদাইরেম ঐদি
হয়েং থোংনাং শোক্পবা
তখেল হাৎনবদা
লানমী থয়াং কোন্দাই লোনবা
পুম্নমানা, তুম্নং লংলা পুনশুম
লানশোক য়িরৈ চল্লবদা
য়োইমম্বাই তাউদনবগী
নোংশা মঙাল অক্লবনা
লৈচিল শীফা হাংহনবত্তুশম্বু
থোংনাং লানমী চৈরক-খায়না
থুথায়গে হায়না
অসুম থৌদোংলবদা
লাইরেন মৈদিংঙু,
শ্রীশ্রীযুৎতো গোপালসিংহ
ময়াম্বনা, ইদাইরেম
চেকশা তনবা মীথনু-থায়ু-ও!
নঙদি কেগে শীওজা কাক্ক্ষী
পোইরৈ তেজোনলেন্দা

হাননা ৱায়থুংঙম্ও ।
লাইরেন কোম্নৌ নমোংখো ঐদি
হুয়েং কৌবা মনোংশোয়রবগা
ইদাইরেম পোইরৈ অখৌলিচা হেপ্পা
ৱাংঙম থয়াং কোন্দাই লোনবা
পূমমাগা ভাইরোইননা
হুয়েন লানহৌরক্লগে ।
ৱাংঙম লমথোং মরিমাদম্বু
লয়কাই পানশাংমবু শেন্দনা
পোইরৈ মপা-মচা
মপু মনাই থাক্তনা
কেগে শীঙজা কাক্তা
মোইরাং লাইথা চারং-লৌ
পোইরৈ তেজোল-লেন ইন্দাল-ও ।
ইম্নুং কৌবা শোয় !
শরা তয়মা ওনফরোইয়ে ।
য়োইময়াই লাইরেন ভাউদনবগী
মুমিৎ মমি উবনা হান্নবদি
তাংজা নশম-কক্
শমু মনা লেনগে হায়না
খুল্লক পাউগা চেলহললে'
হায়না পাউমেনখোনবী
লয়কাই খুনথোং মরিমাবু
খায়হনা খুল্লক পাউগা চেলে
হায়দমবা ।

## ৩ শুবা পন্দুপ

চেকশা তান্দে থাঙসবা
অথৌ থৌশিং শাংবদা
তম্না চেঙজেন-পি
নোইম্মু থুমজেন য়াউ
লেমলৈ ঙাচেন তান্না
শংলৌ থৌরাং ঙমদমলে।
লাইরেন মৈদিংঙু
সনা মথোঙ-থাম্বী
মান্বি থূতপ্পনা
কাউবী চীগ লুক্না পুরুম্বগা
য়াইফ মাঙওইননা
লানফম খোঙশাল্লকলে।
পোইরৈ থাংঙা কৈথেললেন
কংলৈ লম্মথা লালোই লম্মক
কৈথেল খা থংবদা
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
সনা কৈথেল লাইরেম্মা
য়াইকবি মোমম্মু মথোক্লকপি
মুজা মকারকপিবু
চোমলাং মাইকোম্ম
হেনবিবু ওইনা
থম্না লাকোং লুয়োইথক্তা
লেমলৈ ঙাচিং চিংলোই নাইপা
থাউদন কা-হাপ্পনা
"মৈদিংঙ শ্রী মলাইরেম

চেকশা তমবা মীথন-খায়-ও !
খোংনাং তখেন লানশোরুবদা
লানকম ময়াও কায়না
তমবা নমায় পারুকপবু
য়োন্দনা তানকালকও
হায়না লনকু পিরময়ে।
অনৌবা মিংরেং শানখৈববু
খোইমোম চেংলৌ
শকউহন্দনা শাহ্‌ পথিরবগী
চেকশা তমবা মীথন-খায়না
পোইরৈ থুন-চম্ভ
যাংতম থাংডা নিংতোনখিবু
খাচিকয়ে।
য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা
থাংডা কৈথেল লৈমবু
ওইয়ে হায়না লাজোই শামায়-ওন
কাউবি চীগ-লুক
চাংজৌ চেপ্পা লোননা
হুম্মা হুম্মা পুরুম্রময়ে।
লমলেন মদাইমা পুম-তয়্‌না
কেগে শীতজা কাজা
যোইমাং লাইথা চাগং-লৌ
পোইরৈ তেজোতিলৈন্দা
বাইখুংলুয়ে।
লাইয়েন সনা ময়াথংবু

পোইরৈ সেনাপতি
অকোং হাউবমচাদা থাহল্লখিয়ে।
লাইরেন মৈদিংঙু
বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা
চীংখারম নোংলোন
পাইশুম্বা নিংথৌরেনদি
কৌবা মনোং শোয়রবগা
পোইরৈ লানমী পুন্নমাবু
ভাইরোইনদা
হুয়েন লানহৌরককে হায়রোয়ে
হায়না পাউদম্লবগা
লোইনাই অহল্লুপ লাকপনা
পোংশংবা নমপোক চৈথংগী
চেকশা ভনবা মীথন-থায়-ও !
ভখেল মরান-থোঙ্
লানফম লয়বু উপ্পসিদা
ভনবা নত্তিক থঙ্‌ঙৈনে হায়না
থাহোল্লববু নাত্তারবগা,
চেকশা ভনবা মীথন-থায়না
"লাইরেন কোয়ৌ ইনোংথৌ
থাকপা নোংশীঙজঙঙম্বগী
তুবি সনা মথোঙ্‌থাদা থাশল্লককে।
ভনবা ঐদি, পোইরৈ পুন্নমানা
থোংনাং মাইয়োক থাঙমদনা
থাংজম লোংনা হল্লবদা

তখেল মাইয়োক-যা
লানফম চবুক খংবা থুগাইগে।
খোয়মা ইমার ওললোইয়ে
খোইমোম খাংজিং লাইনা
কুমনো" হায়না খৌদোংলবদা
পোইরৈ লানমী অখোবা
থয়াং কোন্দাই লোনবা পূমমানা
মৈদিংঙুগী মদাইরেম
তান্দে থাওশাবা
তনবা ঐখোয়সুং
লানফম মৈশা লাংনা
তখেল মাইয়োক য়াওময়ে।
পোইরৈ লানমী পূমমাবু
স্বপ্ন করিগী রাহয়কপনো।
ইদোম তনবা মীথন-খায়কুম
পোইরৈ লানমী পূমমাসুং
নাচুং খোংকৈ-ওই
লেরা শোয়-উ ওইনা
মালেম লয়্পাক ওাকপা মশেমে।
হৌজিক খোংফেন মাইয়োক য়াবদা
য়েংনসে হায়না মদোম মদোম
রাশরুখিয়ে।
চক্রপানি সিং তনবা মীথন-খায়না
য়ারেন খোংকৈ-চীক
শয়েং পানবু তিংনা,

পোইরৈ অথৌলিচা হেন্নশিংও !
হুন্দক থোংকেন লানশোক
অঙ্কৱা অসিদা
ভনৱা ইত্তিক ইত্তিক থঙনঔনে,
হায়না অনৌবা খোঁদোংহোরে
হায়দবয়া ?
কৌবা মনোং পোঙ্গবগা
লাইরেন মৈদিংগুম্ব
ভুবি য়োইকোনহুংগী
যাত্রা থোঙশানগে হায়রবদা
য়োইবু মশানৌদা পাউমেনখিয়ে !
ইশানৌ !
কংলৈ মৈতৈ লৈমা
খয়োইয়োন শ্রেনবি পাংকা ভঙ্গী-ও
লাইরেন নশাবী ঐদি
থোংনাং ভথেল মনিল নাইববু
থাঙলেন খুৎনা কংনা য়াম্নগে ।
শানৌ মৈতৈ লৈমা নঙদি
ভথেল লানশোক ঙম্নবা
য়োইহৈ নঙাইয়োই
সংকন্নু নফেৎ-লোই
খোঙবু য়োৱী লু-বু খুবীগা
ঙাইয়োইননা, পোইরৈ
থাংঙা নিংঙোনবি পুন্নযাগা,
ভুবি থম্নাং পাপললাই

ইরেং পুপাল লাই।
মালেম লয়্‌পাক ঙাক্লিবা
খোইমোম চীংঙ্‌ লাইশিংবু
কৌবা লাকখোং-কা
চীংঙ্‌ খোঁঙপাল-য়ায়না
পুক্লিং খোকাউ লৈতনা
পুক্নমঙমও।
য়াথং অন্থম পাউমেল্লবগা
য়োইবুঁ মৈতৈ লৈমনচিংনা
য়োইহৈ শলাই মঙামা
নোংয়িন লৈরিক চিনগুম্বী
পুম্নমানা
মিংকোয় লাইজা মিক্নম-তাউ।
মুংশি পুক্লিং-চঙ্‌
চাংজৌ চেপ্পা লোন্‌
য়াথং হিকহাইননা য়াহমজথিয়ে,
লাইরেন কোয়ৌ ইনোংখৌ!
ঐবু লোইবা ইবুংঙো।
থবাই ইমিরেল-ও!
তুবি লাইরেন নহাক্না
নয়ু লাইরেন মৈদিংঙ্‌ নাউফংবা
তুবি লমথক শায়োন পুং
চিবেন ল্যাংয়েনথক্কা
ময়ায় কোয়রেল তোংনা
মিংথৌ সনা ফম্বাল

ফম্বা অসিবু,
থাংঙ্গি ঙ্গিথৈ-কৌ
লোইমোম ঈথাঙ, লীংকুম-ও
হাম্লনা নোংঙল্লবরা !!
হুমমাং শেনকোই য়িবু-তাক্ত
লোকলো নুমথুন য়িবু কংদবিয়ে।
তৌইগুম নিংথৌ সনা
নহাকথক অসিদদি
কোলোয় মিংলেন থিববু
থম্লমফরোইয়ে॥
য়োইবু নশানৌ ঐন-চিংনা
য়োই-হৈ ইঙাই য়োই
শংগন ইফেনলোই
য়োইবু লৈমা তোংলেন-পাল
চোয়নৌ লৈমা বারৌ লীকুম্বী
লোকয়াই তাম্ব-লৈ
শিনৌ লশিং তিমগুম
অহেন মীৎ চুবি
নোংদোন লাই হুরাগুম্বী ঐথোয়না
লাইরেন সনা নখোং-খাদা
কোরৌ নোংজ্ঞা খুম্লিং
য়োম্দনা থৌগঞ্জবা অসিবু
পুকনিং থৌকাউপিগুনো !!
লোইনাই নপারী
সনা খোংথৈ নমবু মরোল-য়াম্বা

নমোম তমকা থাংজমলোন
লুপা কোনথাং মরোন য়াম্বীশিংবু
মুংশি থৌকাউপিগুনো !!
নপোইরৈ তাম্বোং ময়ুং ফুইবা
লেমথোং মফৈ পাকপা অসিবু
অশোন লাইথুং লৈবা
অনা ফকয়া নীকপা
নাহা মুবী হমু-হনবা
শন, বামোন পূম্নমাগী
অবা লৈখৈ তানা
লাম্নংগে তৌববু
পুকনিং থৌকাউদনা
নদাইরেম পোইরৈ
লানমী পূম্নমাম্বং
লাইরেন সনা নয়াথংনা
চীংশাং খোইরেন-হীগুম
থুমখোইবনা থৌজাল শীনবা
থুংনা থৌদোংপিরু-ও।
য়োইবু নশানৌ ঐনচিংনঃ
য়োইহৈ ইঙাইরোই পূম্নমাগা
মুংখিল অবা পোত্থা-দ
অহিং খোমলেন তুম্কন্দনা
তরা চেংকোক-হাল
লেমলৈ গুচেল-তাল
নোইমু থুনজেল-লাঙ,

হুয়রাং অশং-য়েং
ত্তাউজিং অমুল-খল
চামলৌ থোপ্-চন্-য়ৈ
লুবাক শাজম-হান্না
কোয়ৌ নোংজা খুদিংবু
চিশিল্লককে। নদাইরেম
পোইরৈ অথম মীপোকপা
অথৌ লাঙ্গোনবা
লানকম ময়াই লৈতবশিঙ্গীদমকন্থং
চৈরৈ নিংথৌ-ফি শাইজোনবা
লানপোৎ ফিথৈবনচিংনা
কাপ্‌টৈপ শিংলৈপাল
পুন্নুং মঙাল নাইবা মশেনবু
চৈরৈ ময়োল-য়াম
মল্ল মশীঙ থীঙমদনা
লাংজন পুরি-তু
শবা চাজুম থিন্না
চৈরৈ উপু মরেং থীঙমদনা
থোনজিজ্ঞরকে/ছায়না থৌদোংলবগা
লাইরেন মৈদিংঙু
শংলৌ নোঙ্গারিকুম্বনা
য়োইবু ইশানৌ
কংলৈ মৈতৈ লৈমা নঙগা
শিংলেন লৈপুম্মবু শেৎনদা
লৈরাং লৈকামবু থাইনদরিবমথৈদি

তখেল নিংথৌ ইতিক্লা
ঔম্বা নিংথৌ ইমাম্মবু
থাঙলেন থুংনা ফংনা মাম্মখিতেংনে।
নিংথৌ সনা ইহাকৃথক্ অসিদদি
থৌরৈ পুমথাং নীকফয়োই
হায়না পাউমেল্লবদা, মদাইরেম
কোনোক পানজি অহৈবশিংনা
খেনলেন পূঙজা-য়েং
চেংলৌ মিংকৃপ থল্লবদা
লানফম খোংশান-পোৎ
পুম্মুং লানপোৎ-শেৎ
শয়াং তাঙ্গাউ-শি
তান্‌চপ্‌ মঙাল-নাই
রাহু শবাইথৌগুম শানশেম্বা,
লিক্লাই সন্না মনা-য়ানবু
তুবি চূপলেন নাপ্প-ঙাল
মাকমৈ উনকোয় থোং
নিংথৌরাংবা শঙশ।-নঃ
পুম্মুং লানপোৎ শেৎলবদা
গড়ুর উচেক নিংথৌবু
তাংজা লিননা ঙম্ব-খেন্দা
তুবি সনা য়োইকোনম্মুংদগী
খোঙ্‌কাপ তম্না থাংনা
বাত্রা খোঙশাললে।
নোংপোক ধাম্মরং নোংজুবী-চীংদা

ওবা মনিল-নাইবদগী লোকলৌবা
তুবি লাঙ্গোই মখুনেৎ
রেপুখেং পুথম্ থম ভেঙ্গোন চায়বা
য়াইশা যাত্রাশেল,
রাজবলহোপ লুবাংবগা,
লাঙ্গোই শয়াংথক্তা,
কাত্তি লুরেন-যান,
নাহুম খে ঙ্গাউ-থোই,
চন্দ্রমনি খোঙজোম্বা,
সনা খাউজাউ-পু,
শ্রীদাম সৌকাইজাম্বনা,
মবোঙ চূঙগা-হুন্,
সনা ছেকপিল-থাননা,
না কানা বাংলেন মরাঙ-হৌ,
ভরেৎ মনিল-নাই,
শিংগা খোমজেল-চাউ,
পেরে শানৈ খোং,
মোইবুং খিনকামনা,
ব্রাহ্মন লাইওইনবনা,
আশীর্ব্বাদ য়াথং লনকু-থোই
য়াইফ খোমজেল মনিল-নাই
হরি মিংলেন শোম্না
হুয়েন লান্দারকয়ে।
লানমী অথৌলিচা হেপপা
লাংবন খোইরোই লান্দা-নবা

।

পুম্নমাবু ঙাইরোইনবা
মঙ্গু মৈদিংঙু
শেনবি পাইখোমবা
থোঙলেন মখুৎক্বা
চোয়নৌ স-নথোঙবু লাল্লকলে।
থাংঙা কৈথেল্লেন্
পোইরৈ খুন-চম্ু
বাংঙম থাংঙা নিংঙোনবিবা
হুযচা অওই-থি
নোইন্নু মরণ ওঙ্গপুং
চোযনৌ সনা কৈথেললেনবু
নমদা-হুল, থোঙলেন য়াইচম্বা
লাল্লোই ময়ায় থায়না
হুয়েন লান্দারকয়ে।
পোইরৈ লমজঙ খুদিংদা
মালেম লয়মায়, তয়,
তাউজিঙ, চু ক্বা য়াউ
পুন্নুং লফু-য়ুং
যব লোইমোম ফৌময়োনগা
লাইজ্বা পুলাং য়িমাই-চোল
অম্র তাউজিং নানৌ-থেং
প্রদীপ থাউমৈ-থান
জুবা লাংচেং মথোক্লকপি
নাশিচাউবি পুঙমায় লেপ্পিবু
লেংনা তিননা,

লানচং কুইম্ব য়েংলম্ব-লক্তগী
হম্বু মালৈ চিংগুম্নবিশিংনা
"লাইরেন মৈদিংঙু হীয়াচিংবা খাণ্ডম্বা
নিংথৌ য়াইফ-থোইবা
ইবুংঙো তাবিও !
থংচি উপী তরা মৈগুম
চকমোন বামৈ চাককুম
ভখেল মৈশা কললে।
থোংনাং মায়্-লয়্বীদে হায়ববু না-তায়য়ে
নদাইরেম হম্বু ইয়াইকাবী
কোয়োং পানবৈ নীক্রবী ঐথোয়বু
থোংকাপ অথাং খুদিংদা
লয়ভোঙ্ খুদি-য়াম
মিংয়েং উয়োন থীরবী
য়াইকৈ লমদম খণ্ডনা
করম হয়েন লাঞ্জেনসিবনো
পোইরৈ অপক্ৎমা হম্বুহনবা
নাহা হুবি যন বাম্নোন
ঐথোয় পুম্নমানা,
লাইজা য়িহৈথগুম লাম্নংগদববু
লাইরেন উনবি পুক্লিং থৌকাউবিদনা
লানশোক বমায় লয়্দনা
লানফম য়াইফরকও" হায়রনা
মিংকোই লাইজা য়িকমতাউ
য়াথং হীকহাইরনা

পোইরৈ লমখোং খুদিংদা
থোদোংগুময়ে ।
লাইরেন মৈদিংগু
বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা
চীংগু নোংথো সোরারেনগুম্বনা
পাউমেনপিখিয়ে ।
ইদাইরেম পোইরৈ খুন-চম্বু
ত্ময়ম নাই-চম্বু
বাক্লা মানবি বাক্লা ফাবি
তেংনা মানবি তেংনা ফাবিশিংও !
য়ারা তুগূপ-চুংনা শোঙকীগুনো !
পোইরৈ সনা কৈথেললেন্দা
হয়চা অওই-থি, মুংঙাই
মরাং কায়না-চুম য়াঙ্গোইগমও !
লাইরেন সনা ইহাকৃথক্ অসিদদি
তখেল মাবু হায়দবম্বুং
চীংগু নোংথো সোরারেনগুম্বা
মহারুম্বুং পঙ্‌না চঙকরোইয়ে
হায়না লাঙ্গোই শয়াংথক্তা
থোদোংথিয়ে ।
লাইরেন মৈদিংগুদি
থোংলেন মীকৌবরমগী
মৈদিংগু চীংথোং তোনাবা
বায়রং উচেক্কোন-লম,
ময়ু লাইরেন য়োইমোংবা মকাইক্তম,

মচু মোংবা-হনবা নমদ-হল
কেগে শেনলৈ-ঙাইবা
মোইরাং পাইরৈ-ঙাইবা
পুম্না-ত্তিনন্না
পোইরৈ খুনকা-রম
লানলোই হরেমপুংবু কাম্না-চোং
মৈদিংঙু লোইনাই খুনমোম্বা
থংবি মকয়রেন, নোংয়াই লমচন-কয়
বাকচিং-কৈখুনলম্ ইনন্না
খুনতা লম্মহল,
লাইরেন মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংবা
খ্বা য়োং চেম্লম
বাইশেল পুলৈপান
ঙাংজা চৈহুম্লমু কাম্ন-চোং
লোইয়া তম্লোন ইননা
হুয়েন লান্দাখিয়ে।
লোনলোই মদাইমা
লাইরেন মৈদিংঙুদি
কয়নৌ অচনবদা
লম্দন্ য়াইরেক্লে হায়দবয়্য।
মদাইমেম লানচং থোঙশান-থীনবা
কোলোয় য়াথং ইন্দবা
বাংঙম তুংদ কোজকৃপশিংবু
লালোই চীংঙারেংদা
মানবি শমজি-কক

শমু মনা লেনুনা
দন্তি য়ারকনৈয়ে।
অসাইনৈগী মদাইরেমশিং
কেগে শীঙজা কাক্তা
মোইরাং লাইথা চারংজৌদা
পোইরৈ তেজোল মনিলনাইবা
থোংনাং লানশোক্লরিবরক্লগী
সেনাপতি লানঝিংবা অকোং
হাউবম-চানা পাউমেনখিয়ে।
থোংনাং তখেল মরমবু
কবো ঙাংশাবা নঙবু লাউ-ও!
থোংনাং অময়ক পাউতারু!
তখেল লমদা পাউহল্লু-ও!
থোংনাং মনিল নাইবা
তখেল তানা তাবা নখোয়বু
ছয়েন লানসোক্লকুমুসে
ময়োং চৈচেন্দ থিংলো য়াইথাদরিডৈ
তখেল নরৈবাক হলরাইখিও!
থোংনাং নখোয়না
ওন্দেররোই হায়রবদি
তখেল লানমী মীপুমতবু
থোংনাং নরৈবাক্তা হলরাইহনখিরোইয়ে
হায়না পাউমেল্লু-ও হায়না থৌশিখিয়ে।
থোংনাং মরমবু কবো ঙাংশাবদি
তখেল থাঙজেন মথুংশু

টীমেন মনুঙ্‌চঙ্‌ লীরুং মথুৎশু
কামার মাইফং শাবরু শোঙকীদনা
তখেল তেঙ্গোল্লেন্দা চঙ্খিয়ে।
ছত্রজিৎ নারল সেনাপতি
লানজিংবনা পাউহংঙময়ে।
থোংনাং ইরমবু কবো ঙাংশাব-ও!
বারম করি লৈবগী
থোঙলোয় থৌশীরকপনো
হায়না পাউহংলময়ে।
থোংনাং লোল্লক্না তখেল লোন্দিল্লবা
কবো ঙাংশাবনা পাউখুমথিয়ে।
হোয়দা থোংনাং লানজিংবা
ছত্রজিৎ নারল অথৌব-ও!
থোংনাং নথোয়বু
ছুয়েল লানশোক্লগুমুসে
থিংলৌ য়াইথাদ, মরোং চৈজেন্দনা
হলবাইখিও হায়রকয়ে
হায়না পাউখুমলুববু
ছত্রজিৎ নারল লানজিংবগা
তখেল পঞ্চমর‍্যাইগা
থোংনাং যশ নারল বাশকপগা
মাথোয় অছম্মানচিংনা
তখেল লানমী পুম্মানা
থোংনাং মথোয় শাউমা
বাহমলকয়ে।

খোংনাং ঐখোয়বু মোয়ম্ম মুক্তা
শমলাং ওইরম লম্বীবু নত্তে,
পোইরৈ তমদা ত্তানা
ম্বাংওম মথৈ ফংদরিবদি
পঙ্না হুলবাইরোইয়ে।
করিগী তখেল ঐবু তাংশক্ত
খোংনাং মীথাদনা পাউমেল্লখনো
হায়না ম্বাওইঙম্নবদা,
লাইরেন মৈদিংঙু মদাইরেম
কবো ঙাংশাবনা ম্বাহোমখিয়ে।
খোংনাং তখেল লয়্বাক কোইব-ও!
পোইরৈ সেনাপতি
লোইনাই অহল্লুপ লাকপনা
য়াম্বা মপাউ হায়রকপদি
হুয়েন লানশোক্লগুনুসে
হায়রবু হোয়্য়াদরবদি
খোংনাং লানমী মীপুম'মক্তবু
তখেল নরৈবাক্তা হুলবাইহনখিরোইয়ে
হায়রকয়ে।
অসুম পাউমেল্লবগা
কবো ঙাংশাবদি
থিংলো নিঙনা তেনা
হুলবাইরকলে।
পোইরৈ ক্লেঙোললেন্দা ম্বাইথুংলবগা
পোইরৈ সেনাপতি

লোইনাই অহল্লুপ লাক্পদা
ভখেল কোলোয় মপাঙমেন
শেনবি ফনতৌ-য়োংকুম মুংগয়ববু
ছয়েন লানবাউ তয়বদা
বারম মতৌ অমদি
নদাইরেম ওইবা ঐহাক্না
লহাল থোংনাং মরৈবাক্তা
শঙলেন লালুপ-কাবা
লাল্লোই ইথৌ থল্লুঙৈদা
থোংনাং ভখেল মথৌরাং
হৌন মরমচৎপু উরক্পদি
হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবদা
ছয়েন লান্দাবকঙৈনে।
য়োনফয়োইয়ে পাউদম্বদা
লোইনাই অহল্লুপ লাকপনা
পোইরৈ লানমী পুম্নমাবু পাউকৌথৎলে।
লাইরেন মৈদিংঙুগী মদাইরেমশিংও।
থোংনাং ভখেল মনিল নাইবদি
হয়েং কোরৌ মুমিৎ'মাদা
ছয়েন লান্দারক্কে হায়রে।
পোইরৈ ঐথোয়স্থং
ছয়েন লানথোং শীননা
থোংনাং লানশোক্কববু
শংলৌ লাঙসে ছায়না
থৌদোংলবদা,

পোইরৈ সেনাপতি,
অকোং হাউবম্চানা
অহল্লুপ লাকপনচিংনা
মঙামাবু হুয়েন লাঙ্গোং শূম্ন-চিংনা
চীংঙু থাংজিং লাইকারম্
থোংনাং মাইয়োক-য়্না
তখেল খুৎনা ফংনা
য়াম্নগে হায়না পাউতোংখিয়ে।
হোংঙাই সনশমবা
লোইনাই নাহাক্লপ লাকপনা
ঐদি নাহারুপ পানা মঙা মাবু
হৌশি ঙম্গা-চিংনা
কবুই ম্লিংথি চীঙ্গারমদা
তখেল খুৎনা ফংনা য়াম্নগে
হায়না পাউমেনখিয়ে।
খুনজা মরান থোঙদা
অপোং শরোকথাইবা
থোংলেন বাংথৈ লুপ্লাকপনা
ময়াঙ চমপা য়িমফম-লেন
ঙাইতে পন মরুদা
খুনজা মরানথোংবু শূম্ন-চিংবা
থোংনাং মাইয়োক য়্না
শোরুজগে হায়না
খোমলেন তুমকন-দ
মোংয়াই মিংয়েং নাউশুমদনা

অস্থুম ঙুয়েন লাম্থোং শীরবগা
হয়েং কৌবা মনোংশোয়রবদা
মৈদিংঙুগী মদাইরেম
তুরেল লাইজা য়িরম-তাবা
রায়রা তেঙ্গোন হৈবগা
খোঙমী মরোং চুঙবু-লোই
পুয়-হুম পোইরৈ লাম্থোং শীরবগা
রাংঙম থয়াং কোন্দাইলোনবা পুম্নমাদি
শাংদিং লালৈথেম
পুম্নং লানপোৎ মঙাম্মাই
লাঙ্গোই খুনেৎ-কা
চুঙ্গোই নমদ-হুন
থাঙ্লেন নামৈ-য়েপ
টিমেন্ খুত্তা শূনা
লাঙ্গোই শাথৌ-থোই
পোইরৈ রায়রা তেলহৈবনা
তেন্দোং নমদ-হুন্না
লীরুং খুত্তা পায়না
পোইরৈ মরাঙ-হৌ
রাঙম মথি-নাইনা
হুয়েন লানজঙখিয়ে
পোইরৈ লম্-ওন্বা
রাংঙম হুই-শা-বনা
থোয়বুং মমৌ-চাউনা
মিংয়েং শানথৈবরু

ময়িম খোংনাং মনিল নাইবা
অখেল তানা তাবনা
ময়িম পোইরৈ
মৈতৈ মনিল নাইববু
হাওমন তুগুম্ববু মপাল থেকে হায়বগী
থাংজিং লাইকারমদা
অখেল থুভম হোংনা
পোইরৈ নিঙদা খোপকে
হায়না তৌঙম্বগী
খোংনাং তেংঙোল'মবু তিনঙম্বদা
পোইরৈ লম্ওন্বশিংনা উরবগী
হুয়েন লানবাউ ভম্বদা
পোইরৈ মরাঙ-হৌ
বাঙম মথি নাইনা
খোইমোম থাংজিং চীংজাউ ইম্না
হুয়েন লালহৌথংখিববু
ময়িম খোংনাং মনিল নাইবনা
হুয়েন লানকারকপগা মায়য়োক্নরবগী
পোইরৈ খমথেংননা শোন্নরে।
পোইরৈ নকর অপাইবা
খোপা লানজেল মৈকাপপিবু
শংঙাইশেল শাফু-ভম
কোয়ৌ নোংলোন পাইনা
কামার নোংমৈ. থাংফেননা
খুদোং খিনকাপ কুংনা-খা

খৌরান তেনবি খোইপাই-তম
কাম্মার নোংমৈ মরুনা
লোক্তাক খারা পাইগুম
পোইরৈ-মরাঙ হৌনা ঈনশিনখিয়ে।
খোংনাং নোংমৈ মখুৎশূ
রামজংগি য়াইওইবা মশীং খিঙমদা
খুদোং মপুম পাঙমদা
লিককোল নোংমৈ মরুনা
পোনবি খরং পাইগুম,
তখেন লীরুং মখুৎশূ
লোইমু চিন্নাই হংনাইবনা
রায়রা মতেনচা
শন্ন-য়াঙ্‌না তাউথমনববু
লাংবন খোইম্নেন পাইগুমলে।
কুমগা থাগী নোংজুগুম
খোঞ্জেল নোংথাক চর্‌রোইনা
মৈথু নোংলোন কাবনা
কোরৌ নোংথোং-থিং
মুমিৎ থোঙলেন-লুম
চেংলৌ মিৎথোং মমনা
হয়েন লানশোক্লববু
লোইনাই অহল্লুপ লাকপনা
লানশোক নিঙ্‌লা-থৌ,
টমেন মখুৎশূনা
য়াংলৌ লমজাউ-থিং

চুঙ্‌লোং মপা-য়ান
লানফম থাম্বী মৈশালাংনা
ঙ্কুয়েল থৌজিনবনু,
থোংনাং তখেল মনিল নাইবদ্রি
থংচি উপী তোয়া মৈগুম
থাম্বী মৈশালাং
শীংকন নোংফাই চাকুম
তখেল মনিল-নাই
থোংনাং অনৌবা ময়াঙ
কন্না হৌরকয়ে।
পোইরৈ লানমী অথৌবা পুম্নমানা
থোংনাং মায়য়োক-য়া
তখেল থূংনা ফংনা য়াম্নবনু
থোংনাং ময়াঙ-হৌ
তখেল মখি-নাইবগী
থাম্বী মৈতরেং অয়াবদা
চানা ইকং ফাম্না হুজিনবহুগুম
থোংনাং মায়য়োক য়াঙমদরবগী
পোইরৈ অয়াক-তম
লানশোক থৌ-ওই-দনা
তকথরক্লবগী,
পোইরৈ অথৌলিচা হেন্না পুম্নামাদি
কবুই হাউরৌ থোংকাপ য়ানবা
লানজেল খুজম ফত্তবদা থোক্লবগী
ফুরেন ঙায়োকফুবু

লেমলৈ চেপ্পা হয়খোকপচ্চুগুম
পোইরৈ চেপ্পা হয়্রবদা
খোইমোম থাংচিং লাইমরু মরলকুপী
হামলেন লৈচিল শীফা হুপ্পা
খোংনাং চেংলৌ মিংথোং মম
অহিং ইমুং শোইমগুম
ভখেল চেংলৌ শকউহন্দনা
লানশোক খুভম খঙ্হন্দরবগী
পোইরৈ মরোঙ চুঙহনলোইশিংসু
মদোম মদোম পাউকৌনথিয়ে।
খোইমোম থাংজিং মথৌজানগী
লৈচিন শীফা হাংলকপদা
নোংথৌরেনগী মদাইরেম
চক্রপানি তান্দে থাঙশাবগা
ব্রজসিং ওমা চিরোমচাম্নুং
লোমোদা হুইবোংবগা
মাখোয় অহুম্বাবু
থাংচিং লোক্‌খল্'মগী
নুঙ্গায় খুফম ফত্তবা
লাঙ্গোই খোংবাই থিবদা
খোক্রুবগী,
লোমোদা হুইরোংবদি
লাঙ্গোই শয়াং থকী
মালেম লম্নদা কুম্মা
খুংচরি মিতমপাই

লাঙ্গোই তুংদ-চিংনা
লাইজা খিরানথিরে।
ওমা চিরোমচাঙ্গুং
ককয়ি চীংজুম তাবা
থিশিং কোনমাংমবা
পুলৈ নাকা-হৌবদা
লাঙ্গোই শগোল পুথরবগী
খুংচরি মিতমপাইনা চিংথংওম্ববু
চেংলৌ মিংথিংলবগী
পোংশংবা নমপোক চৈথংগী
চেকশা তনবা মীথন-থায়না
পাইরৌরেম ব্রজসিং
ওমা চিরোম-চা-ও!
লানফম উনবি পুক্নিং চীক্লব-ও!
লাঙ্গোই শগোল শোল্লবগী
তৌশিক্লরিঙৈনে।
য়াবা তুগূপ চুংনা শোঙকীগুনো
চেকশা তনবা মীথন-থায়
ঐবু লৈয়ে।
থোংনাং মাইয়োক য়ানা
থাওখিঙৈনে হায়রবগা
চেকশা তনবা মীথন-থায়না
লাঙ্গোই মখুনেং
কোনা চু-দা হেনথা
য়াথৈ কুমশিং মরি ওনা

লাঙ্গোই মন্নিল্লকপবু
শাক্তৈ খোমগুন য়্যৈনা
খুৎনেৎ নাকথং-কাও
টিমেন মখুৎশুনা
খোঁছু নুংদা শৌনা
ককয়ি চীংজুম তাবা
নূঙ্গাই খুক্নম ক্নত্তববু
চোংনা লানখিয়ে।
তময়া লোকমাই অহেনবা
পামেল উচান হৌবরমদা .
ফুথখিববু
গম্ভিরসিং খোম্মা চোংথামচাগা
খোঙলেন ব্রাংখৈ লূপলাকপা
অপোং শরোকথাইবগা লমওক্লরে,
খোম্মা চোংথামচানা পাউমেনঙময়ে।
চেকশা তান্দে থাঙশাব-ও!
পোইরৈ তেঙ্গোনলেন শীঙজা কাক্তা
লাম্মী মীয়াম লক্তা
খোয়মা ইমায় ওল্লোই ব্রাশক্লকপা
নত্তবরা?
হুয়েন জানজিংলেন
লোইনাই অহল্লুপ লাকপদি
পোইরৈ ভুংদা কোল্লবসী
খোংনাং তখেল মনিল নাইবনা
খোপল্লোয়ে।

পোইরৈ তুংদা কোম্না
অখম মীপোক্কে হায়না
ঙাইখমলিবা ঐখোয়নদি
লানজেল মাঙওইনরকলে।
তনবা নিপা ওইনা পোক্লবদি
লানফম রাশক্ক কায়কদোইয়ে,
থোংনাং অমরক
মাইয়োক য়াবদা চেন্নগন্নুসে।
লাইরেন মৈদিংঙু
বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বন্নুং
লমদন য়ারেকফম
কয়্নৌ অচনবদগী
লানফম খোঙশাল্লকলে
হায়ববু না-তারে হায়রবদা
চেকশা তনবা মীথন্থায়্না
তৌইগুম পাইরৌরেম
খোম্মা চোংথামচা
লানফম পুক্লিং তপ্পব-ও !
নঙ্নচিংনা পোইরৈ লানমী
পুম্নমাগা,
হুয়েন লানথোং ঙাক্লৌ-ও
হায়রবগা
চেকশা তান্দে থাঙ্শাবদি,
লানফম খাম্বী মৈশা লাংলথৈদা
লাজোই শয়াংথক্কী

মালেম লম্নদা কুম্না
ককম্নি চীংজুম তাবা
পুলৈ মাফা-হৌবরমদা
লাঙ্গোই তুংদা-চিংনা
থোংনাং মিৎয়েং উয়োন থিবরমদা
চঙথিরে।

তখেল লানফম য়োরিবগা
লাঙ্গোই শয়াংথক্বা তোংনা
নাকথং থোংনেৎ-কাও
শাক্তে নম-য়েননা
থুৎপাক তিললাই-মেন্
টিমেন থুত্তা-পায়
লানমিৎ কোরি-হৌ
নিপা পুকচেল মতোম্নোম্না
থোংনাং চৈরক্-থায়্না
কুজিনথিয়ে।

ঐনে! লাইরেন মৈদিংগু,
বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা
পোনবী গড়ুর লানতাম্নবগী
মদাইরেম চেকশা তনবা
মীথন-থায়নে।

পোষ্টরৈ সেনাপতি,
লোইনাই অহন্নুপ-লাকপা-ও!
য়াবা তুগুপ চুংনা শোঙকিগুনো!
তনবা ঐবু লৈয়ে

হায়না পাউমেল্লবদা
অকোং হাউবম-চাদি
মলাইরেম খাইচৌ শারুংবগা
কীয়াম্বা, মংশা লম্বুগা
অনিমাবু শাইরোইননা
তখেল লাম্মীরক্তা লৈঙমলে।
লোইনাই অহনুপ লাকপবু
থোংনাং ল্যানমী অনিদংনা
টিমেন টামায়-চিং
থাঙলেন খুংনা কংগে
তৌঙম্বব্‌
চেকশা তনবা মীথন-খায়না উরবগী
টিমেন জংশোন লয়না
মালেম লয়ক্কাউ তুনা থিনথুরে।
থোংনাং লানমী অমদি
খাইচৌ শারুংবনা
টিমেন টাখোক থুম্না চৈপীরে।
থোংনাং মনিল নাইবদি
চেংলৌ মিংকুপমা উনখি পুক্লিংবু
গুক্লা পাউমেল্লখিয়ে!
তনবা মীথন্-খায়
কোরৌ নোংশাবায়গুম্বা অসিবু
চীংলেন পলংলাদগীমুং কুম্লক্তে
থোংক্লেন মাইয়োক য়ানা চঙবমুং
উরৌদে।

মালেম লম্ খারোনগী লিংথংলকপরা
কোরৌ নোংমদোন্দগীবু ভারকপরা
হায়না পাউমেম্নরৌয়ে।
খোংনাং মনিল নাইবনা
চেংলৌ মিকুপ মরমবু
তুম্নুং লংনা পুনশুম
লোইনাই অহল্লুপ লাকপবু
পুক্লিং য়িরৈ চল্লিভৈ
লোইনাই অহল্লুপ লাকপবু
অথৌ লাংগোন থোক্লকলে
অফন্নুং মদোমদে।
পোইরৈ লানমী অকোনবা পুম্নমাবুন্নুং
অথম মীপোকলকয়ে
লোইনাই অহল্লুপ লাকপনা
মৈদিংঙু্গী মদাইরেম
পোংশঙবা নমপোক চৈথংগী
চেকশা তনবা মীথম-খায়্!
পামবা কৈজেং-লাংগুম্বা নঙদি
পম্মৌ ইপা শিনগুম্বা নহাকনে
হয়েং পোইরৈ হাকাউররোইয়ে
পাউমেম্নরিভৈদা। মৈদিংঙু্গী মদাইরেম
খোঙমী মরোং চুঙশুবা
উরাম লৌরেম্নদি কুত্তি খুহিংলবদা
চানা লম্বথাং থোমা ঙম্পল্লবগী
ঈমু ফিরাক শানা

ছয়েন লানজেল ভমদম্নবদা
পাউমেনখিয়ে।
লিক্লাই মনাই য়াম্মা-খাশিংও!
নয়োয়্বা ঐথোয়বু
থোংকাপ নৌরৈ থাংনা
ছয়েন লানজেল ভমদয়ে।
তাংজা ঐগী ইরুতোন অসিবু
লুরক কাংদৈ-থি
থৌনাউ লোনথোং লেম্না
মোমস্থু তালোয় ইরুম্বীগী
কৈরা মতমপাক্কা বায়থুংবিরুও
হায়না পাউমেনজভম্ববু
পোইরৈ অথৌলিচা হেপ্নশিংনা,
না-ভারবগী শয়েং সাংকা-লাক্লা
থানলৈ কৈদোম্মরম চিংথোক্লবু
থোংনাং লিককোল নোংমৈ মক্কনা
শেলাই মপাতাউ শয়েং পাংকা-লাক্লা
চিংলিবা অহুগী শমু মথুজেংদা
পাল্লবগী,
পাথৌ লাঙোন ভমদনা হুলবাইরকলে।
উয়াম লৌরেম্বদি থোয়না মমায় ওন্দনা
ভখেল মাইয়োক য়ানা
মচিন রাম রাম শোম্না
মোংমস্লোয়ে হায়দবম্না।
থোংনাং নমিল নাইবদি

তুরেল মোংবা মিরু
হেমচেং চকুপা মিনা-কৈনা
মিনখৎলকুপহুগুমবু মমিন্‌শিল্লকলে।
থোংনাং লানশোক চয়্‌রৎতবদি
কামার নোংমৈ থাংফেন্‌না
রায়রা তেনবী নোংজুনানা
তখেল থাঙ্‌লেন মথুংশু
খুতুম চারা য়ানগুমবু
তমং নোংথাং কূপকুম
তকশিল্লক্লবগী,
পোইরৈ লানজেল মাঙ্‌ওইনথিবশিংদি
কেগে নিংথৌথোং, মোইরাং ফুপালরাবু
য়ৌথিবসুং ময়াউরে।
থোংনাং মাইয়োক-য়া
লানফম চেনথাং-চেনথাংনা
লানশোক্লমিবশিংদি
লানমী ময়োং চুঙ্‌হুল্‌লোইশিংনা
শায়বা ফিয়াল-য়াম
তিংথং থোঙজং তোয়রবগী
উনুবি কাচক-হৌ
য়াবা থোনজেল লাউনা
কোলোয় পাড়ুমেলঙময়ে।
নিংথৌরেনবী মদ্রাইরেম
লিক্লাই মনাই ম্যায়েরশিংও।
থোংনাং লানশোক অকপা অসিদা

নরোয়-পা হুরেন লানজেলঙমত্রবা
ঐথোয়মু অথৌ লাঙ্গোন্‌বিদনা
থোংনাং তুখেল মথুংপাক্তা
করম নোংমলৌসিবনো !
লান্‌শোক নগায় লম্‌বীগুনো।
তনবা থয়াং নথৌমনগী
লাইরেন মৈদিংঙুনা
পী-নবা সনা ননা-শি
থা-য়ান থোংনাই হংনাইববু
চুপলেন নাঙ্গ-য়াল্লিবা অহুদি
তাংখুল হুপি মনা-শি
রাকতং মনা থাংবু ওইরম্বরা ?
চোয়নৌ শনম্রিক লিক্তোমবু
শিন্নিবা অহুসুং
মালেম লঙ্‌জরাই
চিংজিল পয়েং লিকপু ওইরববরা ?
পান্‌বা কৈজেংল্যাংনা
হামেঙ্‌ তুংয়িন তান্‌বহুগুমলে।
লানফম নথোয়না
হুকচেল হাচেম্ররবগী
চৈরৈ নিংথৌ-ফি লমঙান্‌ববু
ককয়ি চীংজুম তাবা
য়িশিং কোনমাংনবদা
লাঙ্গোই শগোল পুথ-তোয়ররবগী
শামন্‌ তোমখিল য়েক্‌কুম

ফুন্নিং মমেক তৈরে।
তাঙজা মখোয়গী ঈকাইদরবরা ?
মোমন্থু তালোয় নরুম্বীশিংদা
করম ন্নাইথুংলুগে হায়রবনো
হায়না পাউমেলঙম্ববু নাতারবগী
খোম্মা চোংথামচানা
হান্না লাঙ্গোই শমায় লয়্‌শিললে।
য়াম্বা খোনজেল লাউনা
পাউমেনখিয়ে,
পোইরৈ অথৌলিচা হেপ্পা
ন্নাংঙম থয়াং কোন্দাই লোনবশিংও !
হন্দক হুয়েন লাঙ্গোক অসিনঙাইবে
হায়নম থৌদোংলবদা
পোইরৈ লাম্মী পুম্নমাক্ত
তনৃবা অকনৃ হুংয়েং-চেংবু হৌ-হৌনা
থোংনাং মাইয়োক-য়ানা
খোয়মা মমায় ওনশিন্নরে।
চক্রপানিসিং চেকশা তনবা
মীথন-খায়না
পাইরৌরেম অপোং শরোকখাইব-ঙ !
খোম্মা চোংথামচা!
থোংনাং মচিল চৌরবা
তখেল খোঙথোইরকপা অসিবু
চেকশা তনৃবা ঐগী
টিমেন ইখূংশূনা

মালেম লয়্ফাউ-তুনা
খিলহৎলুগে হায়না
শগোল শাখৌ-খোই
শাজৈ খোমওন ৱৈনা
ফুজিনখিববু,
থোংনাং কামাৱ মনোংমৈ
লিক্কোল নোংমৈ মরুনা
লোক্তাক থারা পাইগুম
ঝায়ৱা তেনবী নোংজুনঙম্ববু
শোঙকিদনা,
লাঙ্গোই খুনেৎ-কাউ
শয়েং পানবু-তিং
টিমেন হুংশোল-লয়্
থোংনাং উন্বি চফম্থিৎনা
চৈপীৱবগা
শগোন চুপলৈননা হলরাইরক্লে।
ব্রজসিং, ওমা চিরোম্চানা
চেকশা মতৌ উৱবগী
তনবা কাচক-হৌ
য়ারেন খোংফৈ-চীক্
লাঙ্গোই মখুৎনেৎপু
শাজৈ খোমওন-ৱৈ
তখেল মাইয়োক য়ানা
থৌজিনখিববু,
থোংনাং মরাঙ-হৌ

তখেল মথি নাইঙম্নবগী
লাঙ্গোই থুপলৈ-ননা
টিমেন টাহুন য়োরমদনা
হুনথোক্লকয়ে।
চেকশা তনবা মীথন-খায়না
পাইরৌরেম ওমা চিয়োমচা-ও।
লাঙ্গোই শগোল থৌশিনফাম্ববগী
টিমেন টাহুন য়োদবনরিঙৈনে
হায়রম্লবগা "থোংনাং মথৈ ফংনা
ঐ হুয়েন লানশোক্লরুগে।
পাইরৌরেম নঙ্ মিংয়েং শান্থৈলোও"
হায়না পাউমেম্লবগা
লাঙ্গোই শাজৈ নম্-য়েনা
ওকলেন তোমচৎ-কাউগুম
ফুজিনথিরবদা,
থোংনাং লানমী অথৌবা,
লানশোক মাইয়োক য়াঙম্দবা অমবু
মালেম লয়্ফাউ-তুনা থিনথুরম্লবগা
শগোল থুপ্লয়্ননা
থরং হাইমু চেককুম হলম্লাইরকয়ে।
ওমা চিয়োমচাম্বুং
য়াইবি কলহৌ-নীক
ত্তিলাং মথোয় শাউনা
লাঙ্গোই অমরক শাথৌজিনখিববু
তখেন অথৌবা মম্লাঙ-হৌ

লানশোক মৈশা লাংঙম্নবগী
টিমেন টাহুন য়োদনা
হুলহাইরকলে।
অপোং শরোকথাইবা শেললৌরেম
চেকশা ভনবা মীথন-থায়্-ও !
ভনবা হাশক হোংদে
হৌজিক থোংনাং মাইয়োক য়াবদা
খোয়মা ইমায় লয়্নগুম্নসে
থোদোংলবদা ভৌইগীদি পাইরৌরেমও।
থোংনাং ওকলেন টাপানশাগুম্বা
অসিবু শোঙকিরোইয়ে।
পোইরৈ লানমী পুম্নমানা
খঙহৌরম্নুনো হায়রম্নবগা
লাঙ্গোই শাথৌ থোইনা ফুজিনথিববু,
থোংনাং মঙাইরোইদগী
কোংয়াং রাচিল-চাউগুম্বা
ল্যানশোক মাঙওইনভম্বা অমবু
টিমেন খুৎনা ফংনা
থিনথুরময়ে।
ময়িম থোংনাং মনিল নাইবদি
ছত্রজিৎ নামল লানজিংবনা
লানমী নিঙ্দা-থৌ
থাঙ্লেন থেরাং-থাং
টিমেন মরাঙ্-হৌ
কোরৌ নোংলাউথোনগুম

কাম্মার নোংমৈ খোঞ্জেল-চাউ
তেনখী খোই-পাইনা
খাঙলেন খেরাং খাংনা
তকৃশিল্লরুবগী
মৈদিংঙুগী মদাইরেম
রায়রা তেললোই লুচিংবা
মোইরাং হোঙবা ফাইরেম্বা
ফেনলেম তখেম্বা অনিমানা
লিক্লাই মনাই য়াম্মবা !
পোইরৈ অথৌলিচা হেপ্পা
বাংঙম থয়াং কোন্দাই লোনবা
অথম মীপোকপা
অথৌ লাঙ্গোনবশিংও !
হুয়েন লানশোক হুন্দক নোংনে।
ময়িম খোংনাং মনিল নাইবদি
খাম্বী মৈত্রেং অরাবদা
চানা লাংগোমমোই অকংববু
কায়া হুনজিল্লবগা
খাম্বী ময়াঙ-হৌ
চকমোম মখি-নাইনা
মৈরী নোংলোন পাইবহুগুমলে।
কেগে ঐখোয়গী
শীঙজা য়াইকোয়্রম
মোইরাং য়েনলাং থৌচংকম
য়াকথৈ হিয়াঙ্গমলিগীনা

মোইরাং লমদম থঙ্ময়ে।
পামেন উ-চোন হৌবা
তময়া লোকমায় হেনবা
লাঙ্গোই খোংবাই ফবদা
তখেন খুৎনা ফংনা য়ান্নসে।
শীঙ্.জা কাক্তাগী
পোইরৈ তেঙ্গোলজেন অসিবু
খোংনাং খুত্তা চনখিরগনে
হায়না খৌতাক্লবদা
পোইরৈ লানমী অখোবা,
পুন্নমাদি
তময়া উ-চোন হৌবা
লাঙ্গোই খোংবাই ফবদা
লানপুক মরাঙ-হৌ
মী-পাই পুকচেল মতোম্লোম
চীংশাং খোইরেন পাইগুম
পোইরৈ পুন্ন-তিল্লবদা
খোম্মা চোংথামচা
উনবি পুকনিং তপ্লবনা
য়াবা মেঙ্.না পাউমেল্লকয়ৌ
লাঙ্গোই মাইফং শানা ফুজিনবম্মুং
খোংনাং মমায় লয়বিদে!
শগোল ইদোম ইদোম ফুজিনবম্মুং
তখেল মমায় ওনবিদে।
খোংনাং লানমী মীপুম্মগা

পোইরৈ লানমী মীপুম্বগা
কায়রৈ পোনশিংলবহুৎগুম্বব্
মদোম ইদোম হুয়েন লানৃপা-নরসে
হায়না পাউমেন্নরবদা,
খোম্মা চোংথামচা মহাক্ব
অপোং শবোকখাইবগা
অনিমানা হাননা ব্রাশকথিয়ে।
তনবা ইবিংঙাদি,
পোইরৈ লানমী পুম্ব-রক্তগী
থবী হান্না খায়য়ে
থবা ঙম্না শেংয়ে
মুমিৎ হান্না উঙম্বনে।
থোংনাং লানমী মচিন চৌরকপা
খেন্ত্রা চামার মঙানৃনাইনা
খামু কোকশেৎনবা অনিমাসিবু
তখেল খুৎনা ফংনা য়ান্নগে।
কিয়াম্বা ছাপমচা, পুকচাউ অয়েকপা,
খোরি ঙাংবমচা, লোমোতা হুইরোংবা,
শোনবা য়েনলাংবা, লুরাঙ খুমস্বেম্বা,
নামফৌ য়েনকোকপা, ওমা চিরোমচা,
হোঙবা ফাইরেম্বা, ফেনলেম তকেম্বা,
মাখোয় অসি থৈবিক্লচিংনা
পোইরৈ লাজোই খোঙওইনবা পুম্নমাবু
শমু খুৎনা থিনৃনা থিনৃনা
হুয়েন লান-পা-নথিরে,

থোংনাং লানবুম অময়া
মদোম মদোম রাশক্লথিয়ে।
চক্রপানি সিং চেকশা-তনবা মীথন্-খায়না
ঐদি থোংনাং মাইফং শাবরক্কগী
খানলে কৈদোম মরম হেন্না
তনবা মদোম খোংথোইরকপা,
যসোনারল্ তথেল রাশকপা অসিবু
তনবা ইদোম ফুয়েল লানবা-নজগে
হায়না অস্সুম হুয়েল শীন্ নরবদা
ঙমা চিরোমচানা,
পোইরৈ লানমী অথৌবশিংও!
খেনলেন মতম ওকলে
লাঙ্গোই থৌশিল্লসে হায়না
য়াহৌববু,
চেকশা তনবা মীথন-খায়না
পাইরোরেমও! লানফম মতম খরবু
রাংলিয়ে হায়শিন্নরমলবগা
লাঙ্গোই মথুনেৎতুম
শাজৈ নম-য়েনना
মদোম হায়া ফুজিনথিয়ে হায়য়ে।
পোইরৈ লানমী অয়াম্বনা
চেকশা তান্দে থাঙশাবা অসিদি
হুয়েল মানা লান্দু হানগে হায়বগী
তাংজা মরৈতোয়া নয়ময়ে হায়না
লাঙ্গোই শাথৌ-থোই,

নাকথং খোংনেং-কাউ
শাক্তৈ নময়ৈনা শগোল থাবাংনা
থঙ্‌লৈ লমথা-তম
ছোরি মিংলেন শোম্না ফুজিন্নরে।
চেকশা তনূবা মীথন-থায়দি
থোংনাং যসোনারনা
তখেল বাশকপবু
টিমেন মথূৎশূনা
মালেম লয়দা থিনথুন্নে।
তখেল মথং লেপঙম্বা অমম্বুং
কবাকূথাঙ্‌ মথূৎশূনা
পুম্নুং চংবি লফু ছুপকুম
য়ানথুবম্নবগা।
থোংনাং লানমী চৈরক-থায়না
তখেল চবুক্ক-ওং
লানশোক পম্লিং ফাওনা
পম্বেংলুববু
টিমেন থুংশূনরম্লবা
থোংনাং লানমী পুয়মাবু মীথা-দনা
তখেল তাংশক্তনা, নমু মীপুম্মাবু
তখেল চঙ্‌না পুগে হায়না
লুবাই হামুল লাক্না চিংলুববু
তখেল মীখল-খায়বু ওইঙম্নবগী
মখোঙ্‌ মালেম লয়দা-শীক্‌
শমু মথূং অনিম্নানা।

শাবল্ শরুম-পায়
খোংনাং য়ারেল খোংচিতোন্না
পুনুং মখোঙ্লোমগী
থূকলু পুনখোং-লমদা
চীক্লা থাঙ্লবগী,
৮ চেকশা তান্দে থাংশাবদি
লাঙোই খুরচি-থা
শমু মথুং অনিমা চঙ্জনা
মালেম লয়দা কাউথরবগা
ভখেল টিমেন মথুংশূবু
তন্না মুন্নবগা
মালেম লয়্দা নম্না থিনথুরববু
টিমেন য়মথাংনরবগী
ভখেল থাঙ্লেন মথুংশূ
সনা চুবা মানবা
কবাক্থাঙ্ তোন্কোন্বনা
থাঙ্লেন লাময়ান্নরকপবু
চেকশা শমু মহকশাংদি
কাচেং থাঙ্য়ান শোয়রে।
লাঙোই খুরচি কোঞ্জল চীনবুনলীগী
তুমুং চোমুল শাববু
য়েন্দেম থরাম শোইগুম
য়ানথুংলবদা,
মরোয় চুঙ্হুন্বা
কিয়াম্বা ময়াং নৈমনাই চানা

থোংনাং চৈরক-থায়না
হুয়েন লাললুমলৈয়ে।
চেকশা অনবা মীথন-থায়দি
থোংনাং তাংজা লুম্নেন-কক্
লালু চোমায় ফোয়না
হাউরা গানকোং শোল্লকলে।
পোইরৈ তেঙ্গোমলেন্দা
লালু রাইথুংলবগা
কেগে থাংজিং লাইমরুদা
হুয়েল লালু চল্লরে।—
ওমা চিরোমচানা
থোংনাং 'মগা লানবানববু
উনবি থনুং থিংনা
চৈপীরম্লবগা, অথেল লানমী
চৈরক থায়না ফুজিল্লকপবু
অসাইগৈগী চেকশা টিমেন মথুংশু
মালেম লয়দা তারম্ববু
লাঙ্গোই শয়াংথককী
মালেম লয়দা কুমনা থুল্লবগা
চেকশা শমু মথুংপাক্কা
লানবিরুইয়ে।
পোইরৈ অথোলিচা হেল্লা পুম্নমাবুসুং
হুয়েল মাগা মাগা লানবা-নবশিংবু
শমু হকথেং কংনা খিল্লরে,
থাওলেন থুংনা কংনা য়াম্লখিয়ে।

থোংনাং লানমী অথৌবশিংদি
ওকলেন টাপান-শাগুম
থোংনাং অথৌব মরাঙ-হৌ
তখেল মথিনাইনা
থংচি উপী তোরা মৈগুম
লানফম মৈশা লাংনা
মথিনশিল্লকয়ে।
পোইরৈ চেম-ম তখেল চায়্‌ন-দন',
হুয়েল লানশোক্লবদি
থ্মিশিং তমল্লেন চাউখৎপদা
নচুং থোংফৈ-রৈ
লেরা শোয়-উ য়ুংলাপ্লাদম্ব
খিংলেন লাইজা থংথাংবছুগুম্বরু
থোংনাং মনিল নাইবনা
তকঙৈ তকশিল্লকলে।
পোইরৈ মরাঙ্ হৌবনা
ঈনঙৈ ঈনশিল্লকখিয়ে।
অকলা মিতম-য়ুং
দোরি মালৈ থেৎপা
কূনত্রৈ মিতম চিংগুম্ব
হুয়েন লানশোক্লরে।
তনবা অকন হুংয়েংচেংশিংদি
লানপুক মরাঙ-হৌ
মিৎয়েং লাইরেক-থম্ব
খুভম তমথি-য়েং

লানমিং কোম্নি-হো
মরোং চুংলৈ ওহাক-য়েং
টিমেন টারৈ হংকোই-থি
পানবোম মশেল য়াস্থেক্লা
শয়েং মশেল থিস্থেক্লা
নাকলু মোইফাং শমথংনা
পোইরৈ লাঙ্গোই মথুনেৎপু
খোংজোম তুরয়্ ইনূনা
হুমমাং লোক-য়ি হৌবনা
লাইজা থারা শিনগুমলে।
নাকথং খোমবোন-কাও
শাজৈ নময়েননা
থুক্কপ মানপল হৌবগী
উফুল নোংলৈ কাবনা
চেংলৌ মীশক থঙ্নদা
টাহুল চেংলৌ মিংপু-ওক্
থায়ম্বা নমকাপ্ন-না
লাংবন খোইয়েন পাইগুম
কামার নোংমৈ চিনওক্লবগী
লোইদাম কুম-গা থাদা
কোয়ৌ থমনোং খোংগুম
মৈথু নোংলোন কাবনা
মুমিং মখোংলেনবু লুম্বা
হুয়েল লানশোক্লববু
খোংনাং মম্বায় লয়বিদে।

পোইরৈ চায়্ন-ন্না
খোংক্নে লানশোক্নবনু
থোংনাং মনিল নাইবনা
তকণৈ তকশিন্নক
পোইরৈ তানা তাবনা
ঈনণৈ ঈনশিনখি।
লাঙ্গোই মোইশা-য়া
মচুম য়ারক শিন্থবা অনিনা
থমলা লাকোল চাইনা
শামু য়াথিন্নবহৃগুম
লাইজা য়িহুল-কনৃবা
অনিনা য়িফেংনবগুম
চীংলেন পনলংলা অনিনা
লাইথেংনবগুম
টিমেন মশেন থিম্বেক্ল শোক্লববু
য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবনা
অয়ুক চিংথৈ লৈনা
থোংনাং লমহৌরকণৈগীমথৈ
কোরৌ হুমিৎ-চুপ্
থবী তুংলাই-ওন্
অঙানবনা থোঙলেন খম্বা-যৌনা
খোংফেল লানশোক চৈরেগুম্বা
মী-পা পুকচেল মতোম্লোম্না
হুয়েল লানশোক্লবনু
ভখেল মথৈ ফংঙমদা

পোইরৈ মমায় ওন্দনা
হুয়েন লানশোক্লবমু
অঙানবা থোংলেন খম্বনা
হানথিরবগী
লানশোক খুভম উদরবদা
পাউমেনখিয়ে।
থোংনাং মনিল নাইবা
তখেল তানা তাবশিংও!
হুয়েং কৌবা মনোং শোয়রবগা
অমৌবা হুয়েন লানশোক্লসে।
তখেল নভিক-য়েং
পোইরৈ লিংজেল খঙ্নঙৈনে।
থোংনাং নমায় লয়্রোই
হায়না পাউমেল্লবগা,
তখেল মনিল নাইবনা
থোংনাং ঐবুম্থুং
খোয়মা ইমায় ওল্লোইয়ে।
পোইরৈ মনিংথৌগী
সনা লাকথোং-য়ৌ
কোনলোয় শঙ্গাই শঙ্দা
পম্বেংদরিবমথৈজি,
থোংনাং ইরৈবাক্তা হলরাইরোইয়ে।
হায়না পাউথুমবমু নাতারবদা
মৈদিংঙুগী মদাইরেম
চেকশা তনবা মীখল-খায়

পানবা কৈজেং লাংগুবনা
, থোংনাং তাংশক
তথেল মীথা-দমা পাউমেনখিয়ে ।
থোংনাং লানমী অথৌবা
নওখোয়বু
চেকশা তনবা মীথন-খায়
ঐবু লৈরিবমথৈনি
শমু ইথুংপাক্তগী
থোংনাং লানমী মীপুম অমত্তবু
তথেল নরৈবাক্তা হলবাইহল্লোইয়ে
হায়না পাউমেল্লবগা,
পোইরৈ লানমী পুম্নমাদি
হুয়েন লানশোক্‌কম্‌গী
খিংলৌ নিঙনা তেনা
হলবাইরক্লবদা,
লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা
চিংলাই লান্দা-নবমা
পোইরৈ হুয়েন লাঞ্জেল্লকপা থৈবিকপু
লোইয়া মদাইমা কেগে নিংথৌথোং
মোইরাং ফুপালবাদা লমঙক্লবগী
লাইরেন মৈদিংঙুনা
উন্‌বি কাচক-হৌ
থাঙশা মতম পানগুম
রাগুইখিয়ে ।
তরম নওখোয়দি করিগী

হুয়েন লানজেল্লকপনো
পোইরৈ লানমী অথৌবা
পুম্নমাদি,
সেনাপতি অকোং হাউবমচানচিংনা
ওখেল লানশোক্লরিয়ে।
থোংনাং লানশোক্ ঙমদরিবৈ
করিগী হুয়েন লাঙ্গেল্লকপনো।
হায়না তুবি টিমেন মথুংশূনা
লোইয়া লমচাউ-খিং
লানমী পুম্ন-থোয়া
থৌখাল্লবগা শীঙজা কাক্তাগী
পোইরৈ তেঙ্গোললেন্দা
ৱাইথুংলরে।
অসাইবৈগী পোইরৈ অথৌলিচা হেঙ্গা
থোংনাং মাইয়োক য়াক্লবা
পুম্নমাক্নুং
লাইরেন সনা মখোঙ-খাদা
ৱাইথুংলরে।
থোংনাং মনিল নাইবস্নুং
চিপি মাখোয়গী লাললেকফমদা
হলৱাইখিয়ে।
থোংনাং শোক্ল-ৱা
ওখেন হাংন-ৱাবু
হুয়েন লানবাউ ওয়ৱগা
লাইরেন উনুবি কলহো-নীক্লা পাউমেল্লকয়ে।

ইদাইরেমশিংও নওখোরদি
ছয়েল লানশোক্লবদা
মবা হুন্না চোক্লখিঙৈনে,
অবা পোথা-ওমও
ইন্দ্রজিৎ নারল সেনাপতি
লাঞ্জিংবা অমওম্বু হায়দবস্থু্ং
থোংনাং মনিংথৌ, " ''
তখেল লয়বাক মপা মহাকপুম্নুং
থাওজেন খুৎনা ফংনা য়াম্নগে
নোংহামলিবা মোংথোরেলনে৷
হয়েং কৌবা মনোংশোয়বগা
লাইরেন হৈনা ইতুং-ইন
সনা ইমৈ য়ায়্রকপা
য়োনপোন চারা ইখোঙ শোম্বশিঙ্গা
থোংনাং মাইয়োক-য়ানা
শোক্লক্লগে হায়না
তুবি সনা ময়াথংবু
কোকিল খোন্দা-ননা পাউমেল্লবদা,
মদাইরেম অহিং লিক্লা-থাঙ্
নোংথিল লিক্লা-ফমবু
থাম্বী মৈশা লাংনা
থোংনাং মাইয়োক-য়া
তখেল থাওলেন খুৎন-ফংনা
শোক্লওম্বশিংনা,
লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ

তাইবং সোম্বারেন-ও !  
নদাইরেম ঐখোয়ন্থং  
অরা হুইরাং শোন্দরিয়ে ।  
খোংমাং মনিল নাইবা  
তখেল তানা তাববু  
থাঙলেন খুৎনা ফংনা য়াম্নগে  
খোয়মা ঐখোয়বু  
ইমায় ওনজরোইয়ে  
অহুম খোঁদোংছোঁয়ে হায়দবরা ।

---

## ৪ শুবা পন্দুপ

লাইরেন মৈদিংঙুদি
কোবা মনোং শোম্নরবগা
শাংদিং লালৈ-থেম
পুম্লুং লানপোৎ মঙাম্লাই
থানক্কক ফুরিং-থোন
ছোরি নামৈ-য়েপ
লাইরেন থাঙলেন মখুৎশূ
য়াংখু য়েকতৈবা
য়েনমৈ মৈরাববু
শমু খুত্তা-পায়
গনন্তা চুঙ্গোয় য়াইওইবা
সনা শোচুমফাং রৈবদা
তমফা য়াইত্রেংনা হে নমোইবা
লোইদাম থানিনৃবগুম
মকোয় ফাবা চুংবু নমদ-হুন
নিংথৌ পোৎলোয় মণীং-শুনা
হুলাই লেংজাউ-থক্তা
চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না
মালেন লম্নতারকপাহ্নগুম্নবু
লাইরেল নোংশা মনিল নাইনা
হুয়েল লান্দাথিয়ে।
তুবি লাঙ্গোই মথুনেৎ
রাজ বলহোপ লুরাংবব্‌

সনা শাপোং মঙালনাই
পুঙ পেরে শিংকা না-কানা
থোপথি য়াকতোং, মোইবুং
থোনজেল য়াইকরিবা থৈবিকপু
মনিল-নাইনা
পোইরৈ থয়াং কোল্লাই লোনবা
পুম্নমাদি,
য়াবা থোঙ্জেল লাউনা
"থোংনাং মনিল নাইববু হাংলো:
তখেল তানা তাববু য়ানলো"
হায়না পোইরৈ ময়াঙ্-হৌরে
বাংঙমমথি-নাইনরে।
হুরি মিংলেন শোন্না
হুয়েন লাঙ্গংথিরববু
ময়িম থোংনাং মনিল্নাইবদি
শঙ্করদেব বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা
কোরৌ নোংশীঙ্জঙ্গুম্বগী
হুয়েল লালহৌথোল অরুম্ববু
না-তারবগী
থোংনাং মনিল-নাইবা
তখেল তানা তাবদি
ইমুং শোয়্য়ায়্নাদা
য়াবা তুগুপ-চুং
মিরেন থাবু থংনা নিংথম্নথিরে।
পোইরৈ লানবুম-মম্বা

হুয়েল লানশোক্লবস্থং
থাম্বী মৈশা লাংগুম য়াওমদে।
তখেল লানমী অথোবশিংবু
পোইরৈ মথুৎপাক্তা য়াম্না
নোংমল্লে।
ময়িম পোইরৈ মনিংথৌ
সনা লয়্কোয়্ কম্বা মহাকপু
য়াউরক্লবদি থোংনাং পুম্নমাবু
তখেল্ চেপ্পা হাইরঙেনে।
থোংনাং ঐথোয়বু,
হুয়েল লাঞ্জেল্লসে
হায়না তেঙ্গোল লানবু তিংনা
হুয়েল লানজেনখিণ্ডমলে।
থোংনাং হুকচেন্না
তখেল হাচেন্নরবগী
থোংনাং য়ামলা মফুন্বিৎ
খেনত্রা থাংনপ্ফি লমঙানববু,
শায়বা মচীন তুম্বনা ঙম্বল-লৌ
থোয়কু মথা শাবনা চিংফাৎলৌবদি,
বসন্ত শিংলেন লৈপাক্ষাদা,
লৈরাং নাওইস্তোংনা
মপাল শ্চাওনা শাৎলবগী
শিংলেন মঙাল নাইবহুগুম্ববু
পামেল উতোল ঙাম্নরৌয়ে।
কেপে থাংজিং লাইমক্ল মথৌজানবী

অহিং থামম্বা মতমগুম
থোংনাং য়াংলো লমদাং উহন্দা
চেংলো মিংথোং মম্নবগী
তখেল লানমী চনিদংবু
ফুংলাই তমথিবা
যুগ্নী নমু মীশা চাবনা
শারেন শা-চানা
লাংতিয়া মীশা চাবনা
পোনবি চাকমৌনরোয়ে।
ছয়েল লাম্নিগীবি,
তখেল পঞ্চমরাই অথোবা
খেন্না থাংনপ্‌নবা
সনা কুন্দোর না-শি-নববু
কায়না ছুললোয়ে।
ঙাইতে লোকোনম্নুংগী,
রামজংগী য়াইওইবা অছম্মানচিংনা
নোংমৈ লিশিং খোমলোয়ে।
খুয়োম থাংলো লম্নুংশিগী
থোংনাং যস লারল
তখেল বাশকপবু হাইরোয়ে।
থাংবাই লয়ুংশিগী,
তখেল থাঙলেন মখুৎশূবু
কবাক থাংদোন-কোনবা
সনা চুব্বা য়ানববু
থাঙলেন চোম্বুল শানা খোমলোয়ে।

কেগে লম্বাই লৌতাউথোংগী
বীরভীম নারল অথৌববু ফারৌয়ে।
লাইকা লম্নুংশিগী
টিমেন টাশাং মশীং থিঙমদনা
লোকলৌরবগা,
ফেনচি নোংকুম-লম
কবুই য়িংথি চীংগারমগী
লক্ষী প্রশাদ নারল অথৌবা
ওকলেন তোমচং কাউগুম্ববু
লুরক কাওদৈ থিনা
থৌনাউ লোনথোং লেনলৌয়ে।
লমলেন মৈকাবি
কেগে হিয়াংতুমগী
চুঙ্গোই লিশিং থোমলৌয়ে।
থুয়োন থুংপিপোক শৌরায়ানগী
থোংনাং মশোম রাহায়বা
তখেল লানজিংবা
অলিয়া অথৌববু কায়না হুললৌয়ে।
কেগে খুম্নুংপোক মোইরাং খুনথৈরেনগী
লোইবি তুইথাং লানজিংবা
মুচানুঙা লমজিংববু ফারৌয়ে।
কেগে চীংমৈবা কা-নরম্
মোইরাং লাইমৈবা তাম্ব-রমগী
লোইম্‌ চীনাই হংনাইবা
তখেল লীকুং মথুংশুবু

লিশিং অমা খোমলোয়ে।
মোইরাং লোয়েমবা, কেগে মরোংলোগী
কীর্ত্তি নারল্ বায়রা তেলহৈববু ফারোয়ে।
শীঙজা কাক্তাগী,
বীর্য্য সায়েপ অথোববু কায়না হূললোয়ে।
য়োংম্নু শারম-চীংগী,
তখেল ছুলাই তরামঙা লোকলোয়ে।
কেগে মশেমলোক্কী,
থোংনাং নোংমৈকাপ্পা,
প্রতাপ নারল অথোববু হাইরোয়ে।
কেগে তুরেল-লুগী
রাংলেন তোমালপুংবু তরামঙা লোকলোয়ে।
লমলেন লাইচম লোককী
নোচুপ কোংয়াং অথোববু ফারোয়ে।
খুগা নানবী য়িরাংমগী
মোইরাং হারম লুচিংববু কায়না হুনলোয়ে।
লমলেন য়োংয়ামলোককী
লাংথা পুংয়ৈববু কারোয়ে।
লোকলো অচন্বদগী
লোইবি য়াংকেন-চা
হুয়েন তুইখারেক অথোববু হাইরোয়ে।
থোংনাং তখেনপন্দা
তরেৎ শেনবুং তরামঙা লোকলোয়ে।
লমলেন তোবুংগী লোইবি লুংগা-চা
হুয়েল লাল্লাবা শিল্লাইববু কায়না হুললোয়ে।

খুমু মাইরেনবা ময়িয়াকী
ভয়োন লানজিংবা
সনা পুমদা-য়েপ্পবু কারৌয়ে।
কাংভোই চীঙ্গারমন্নী,
মোকোল নোংমৈকাপ্পা
চাংকারা লানচিংববু কায়না হুললৌয়ে।
নিংশোং মৌবীলোককী
থোংনাং থেন্না খাংনপ-ফি
পুন্নুং ফরাংচিবু
চৈরৈ ফিবুল-শানা খোমলৌয়ে।
লমলেন উত্রা-লোকী,
ছোরি নামৈ থাঙ্বু লিশিং খোমলৌয়ে।
পুক্রম ভাইবিলোককী,
ভথেল রামসিং মিংনাইববু হাইরৌয়ে।
বাবা খেকবাই পুংগী ভখেল হুলাইভোংবা
হুয়েল পঞ্চময়াই অথৌববু কায়না হুমে
হায়দববা।
তুবি থয়াং মথৌমন,
লাইরেল চুঙশেল মরানঙনগীবু নোংথৌরেল
নোংপোক থায়রং পামহৈবা
থোংনাং ভখেল-খোম্বা
কেগে থমপাল নোংশালো,
সনা পুন-থোংবা লয়্ময়ায়্দা থৌশাবা,
হুয়েল পঞ্চময়াই কাব-ঙ!
তোনা কোয়ে হায়দববা।

খোংনাং লানশোক হিংখিবা,
তখেল লানমী কোঙ্গায়্দি
খোংনাং মরম্ববাক্তা হলবাইখিসে হায়বস্থ
তখেল মনিংথৌবু শোঙকিয়ে,
পোইরৈ মাইয়োক য়ানা
হুয়েল লানশোক্কসে হায়বস্থং
লাইরেল মৈদিংঙ্গুবু শোঙকাংনরবগী
কৌধা য়িরোক অস্থকপা খুদিংদা
তরা চাতংদা খোয়মা মকা-শেংনা
পামেল উহয়্-চা নুংলক হারা-হাওনা
রাখা লফু চাউজনথিপা
খুংথা হয়্গুম নোংথোইরে।
মম্থ লাই-হিংচা মাস্তক অকায়ববু
লাইথুংলবগী,
নিঙলম তরা চামন-থা
য়াবোম থিংলৌ নিঙ্নাতেনা
নোংমনবস্থং ময়াউরে।
উরিৎ লোময়ামবী-চানা
খোয়মা লাংদোন চোইদানুবত্থুগুমবু
খোয়মা লাংথোং-লিৎনা
তখেল চোইদায়রবস্থং
লাইরেন মৈদিংঙ্গু,
বৈষ্ণব খোংনাং ময়াম্বা
লাইরেন তাংকক খোমথলনা
তেরাউ নিঙগোয়-তাবা হানজম্বদি

তথেল লানশোক পেনলোদে।
থোংনাং তুংইন-তান
তথেল মথৈ-ফংনা
পন্থেংলুখিসে হায়না থৌদোংলুববু
স্বরূপানন্দ থামোন হুন্সবনা
লাইরেল সনা মথোঙ-খাদা
কাউবী চীগা লুকনা
য়াথং অমেঙ্‌বনা পাউমেনজখিয়ে।
লাইরেম মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা
হুয়েল পঞ্চমরাই ফাবা নিংথৌরেলও!
থোংনাং মমায় লয়না
হুয়েল লাঞ্জেনখিরবদি
তথেল মথৈ ফংনা তাল্লুরুগুম্মসে
লানশোক মথৈ ফংহৈদে।
লানফম মমায় লয়্‌রবা,
টিমেন খুৎসূ থা-রবা,
য়ায়রা লীরি তৎলবা,
লীরুং খুৎশূ তেল্লবা,
চৈরৈ মফি-শেৎ তারবা,
পামেল উদা কারবা,
শমু মথুং লোননা
য়াথং নৈথোনঙমজবা,
খুৎশূ লোননা পুঙম্বা
হুয়েল লাঞ্জেল্লবগী
পুঙ্খিং শোঙকী-চঙ্‌না

লৈঙন্না থৈবিকমাবু হাংফরোইয়ে।
হায়না পুরান লাইরিক অরীবদা
হায়রময়ে হায়না ৱাকৎচরবদা
লাইরেল মৈদিংঙুনা,
ব্রাহ্মণ চীঙ্গোয় ময়াংথংবু
মাতারবদা
পোইরৈ লানমী পুন্নমাবু
থোৗথামলে।
মর্দাইরেম ৱাংঙম,
থয়াং কোন্দাই লোনবশিংবু
পাঙ্গল মতিক-থন
তনবা মথৌ য়েংনা
য়োইবু মশানৌ থয়োইরোন
শেনবি পাংকা-ঙম্বীনা
য়ৌয়া পুচাউ-থল
লাংচন পুরি-তু
শরা চাজুম-থিন্না
পোইরৈ মায়থঙ্নবা
য়োইথোনজিল্লকপবু
পোইরৈ লানমী অথৌবশিংদা
চৈরৈ নিংথৌ-ফি শাইজোনবা
ফাপৈ শিংনাইবা লমঙানববু
পাঙ্গল মতিক মীতিক য়েংনা
লাইয়েন থোজান শীনুব-থুংনা
লনথাইরে হায়দবরা।

লাইরেন মৈদিংঙু না, ইদাইরেম!
অপোং শরোকখাইবা নঙদি
য়ারম্বা শাথোং অরূম্বা
হয়েল লানথোং অচৌববু
উবক্লবা নহাকনে।
পোইরৈ তুংদা কোন্‌না
থোংনাং মর্তৌ করম্বনো
তাঙ্‌না য়েংলকও!
ভখেল মরোং চৈজেনবা
থিংলৌ য়াইথাবা থোংনাং নাউসাবা
তম্বা চাকথংদরবা খৈবিকপু
তরা চাকপিজা
চৈরৈ ফি পিনৌও।
হায়না পাউমেল্লবগা
লাইরেল মৈদিংঙু
কোরৌ নোংশা বায়গুম্বদি
মদাইরেম পোইরৈ অথৌলিচা হেল্লা
বাংঙম অথম মীপোকপা
অথৌ লাঙ্গোনবা পুম্নমাবু
ঙাইরোইনবা নোংশা খুমন্‌-হল্‌না
তুবি থিংলৌ নিঙনা তেরকলে।
থোংনাং তেঙ্গোল-চাই, ভখেল
লানশোক ঙমলে হায়ববু
পোইরৈ সনাপুংদা না-তারবগী
পোইরৈ অপকূমাদি

নাহা সুখী হঙ্গু হনবা
শন বামোন পূম্নমাদি
থোংনাং অথেল মশিল নাইবগা
ঊৱা তানা তাবগা মীরৈবাক
নিংথৌ পানবা অনিমাগী
লানক্নম লাইজ য়িহয়্থনা
য়িমু থৌহক্লবহুগুম্ববু
লাইরেল থম্যাং মথৌমনগীনা
পুক্লিং অৱা কোক্লা হরাউরে
হায়দবরা !
য়োইবু মৈতৈ লৈমগা,
য়োইহৈ লৈমা রাইরৌলিগুম্বিশিঙ্গা
পোইরৈ থাংঙা নিংঙোনবি
পূম্নমাবু ঙাইরোইননা
হয়রাং পূংবু-লেম্
তাউজিং থেনমাই-লাংনা
ময়াং রাজাকোন মথুংথা
থোংনাং লাংশূম্নিবনা কল্লৌ-হয়্
মনা লাংবন ফৌহু মানবা,
মহয় থম্নো হয়্ঙংমা,
মঙ্ক তাংমা নকপা,
লাংয়েন কোংয়াং লাইবা মানবা,
হয়রাং চানা হোঙ্বা
তাউজিং লুনা খুমবা, ময়াং
কারেনবু কা তংদাই-থাম্ন

কবুই লাংথোংবনা
থোং তন্না নামিথবু
কাতি লায়াং ভয়্না
ভুম্বু করপুং য়াউনা
চৈরৈ কি-থুং-শা
মালশৌ কিরাংচানবু
লৈতেং পোংলোই মশীং ভুনা
পোইরৈ থোঙলেন মীকৌবরম
লালোই ময়াম থারনা
মৈদিংঙু নিংথৌথোম্বা
পুংলেন মথুংফা
কেগে থোমজিন-পুঙ্
মোইরাং তিনশিন-পুঙ্
লালোই মোইথোমপুঙ্দা,
চীংঙু নোংথৌ সোরারেনবী
চোঙ্লেন মথুংফা, মোল্লাং
লয়না য়াননা হেনমোইবা
মোইত্রিবা ফা-ন-শঙ্, পামেল
উরোয়-য়ুংবা নোংলুম্বা
মত্তোল থম্বাল শানা
হেনমোইবা চোঙবু
চৈরৈ কিজং-থল
লালোই পুংদোল ভালনা
মদাইরেমশিংনা ভাইথমূলম্‌য়ে।
লাইরেল মৈদিংঙু

নোংপোক থায়রং পামহৈবা
লমমেন চিপি লোক্লাউপুঙগী
মংত্রে কেংতুং ভম্বা,
ভাইতে লোকোনচুংগী
ছত্রজিৎ নারল ফাবা
শ্রীশ্রীযুৎতো গোপালসিংহ ময়াম্বা
নোংপোক থাইরং পামহৈবদি
চোয়নৌ সনা তুলাইথক্তা
তুৰি চুপ্পু-থোই
লাইরেল লাইবু লাংনা
লালোই মোইরাংখোম
পুণ্ডদা থাইথু'লরে।
য়োইবু মশানৌ
কংলৈ মৈতৈ লৈমগা
হয়্রাং পুণ্ডবু-লেম্
ভাউজিং থেনমাই লাংববু
ভংমল্লরবদা, লাইরেন মৈদিংগুদি
চৈরৈ ফিনৌ-হোং
লানহা পোৎলোই শেৎলবদা
তখেল লালু মাঙওইনা
রামজংগী য়াইওইবা
অহুম্মানচিংনা নোংমৈ লিশিংলুং
চুক্লোয় পৌতোং-য়ান
থাঙলেন চোমবুল-শা
তখেল লীকং মখুৎশু

লোইমু চিন্নাই হংনাইববু
মশীঙ থিঙমদা বান্নরা মতেনচা
সনা য়াঙ্‌বা তাউথাম্ববু
তেন্দোং মপুম পাঙ্‌মদা
খেন্না লম্‌ঙানবা
শামু ফিরোন থোকপু
চৈরৈ ফিবুন-শা
পশোৎ কোনয়াই তকপবু
কোংয়াং পৌতোংয়ান
বাংলেন তোমান-শাজম-পু
শেনবুং নাকথং-লোন
ঝান্নি খুজাই চৗনথুববু
মশীঙ থিঙম্‌দমা মাঙচৎনা
লাইরেল মৈদিংঙু্দি
সনা ফুলাই ময়াম্বগী
ফুলাই লেংজাউ থক্তা
চিনবাল কাঙমৈ-খু
ক্বা য়াচু শায়
তুবি চূঙবু-খোই
লাইরেল লাইবু লাংনা
অবাং নোংনিংথৌগুম
পোইরৈ খুন-চম্নু, বাঙম
থাংঙা নিংঙোনখিনা য়াকা-পূং
সনা কৈথেল-লেনবু লান্নবলে।
মন্নু মৈদিংঙু শেনবি পাইথোম্বা,

থোঙলেন মথুংফা
চোয়নৌ সনথোঙবু লৌংচিন্নকলে
সনা য়োইকোন-মুংদা চঙ্‌লকলে।
য়োইরেন অতে লৌথাম্বা,
কয়্‌রাং লানকৌবা,
কারাং লালহোই চৈবু
শমু মথুংশূনা, ময়ু
লাইরেন মৈদিংঙ্‌ লোইয়ুম্বা
চেংজা নুঙ্গোয়বিদা
হুয়েল লালহোইচিললে
লাইরেল মৈদিংঙুদি
চেংজা নুঙ্গোয়বিগী
কুচু মরক চংনা
ময়ু লাইরেল নাউফংবা
লম্‌থক শারোন-পুং
তিংথি রাফোং-লাক
লাবা নোংলৈফম
কংলা থোম ভরেৎ
থোনলাং মৈদা
পুম্নুং অচৌ মৈগুম ফম্ফম্নবদা
কংলা লানথাউ তম্নবদা
কংলৈ য়োইকোনমুং
কোম্মুং অচনবগী
শঙ্গায় মকোনলোম্ন
মুংচানবদা য়াচঙখিরে।

লাইরেন মৈদিংগু,
রাজঋষি নিংথৌরেল
বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বী
তুবি থম্মাং মথৌমন
লাইরেল চুঙশেল মনালছৌগীবু
য়োইবু মশানৌ মৈতৈলেম্মা
শেনখি পাংকা গুম্বীনা
সনা খোমহানৃমনুম্বী
মদাইরেম পোইরৈ পুম্মমা
খাংগম পাকনা তাইনা-শন
ব্রাহ্মণ থবাই পাল্লিব-থৈবিকপু
সুংগাই মরাং কায়না
উনবি পূকনিং তপ্পা
পাললৌরে হায়দবরা !

নদাইরেম জোললেম ইবাকৃমনা
থবাই হাম্বোইবা
মিরেল হানচংপবু ইবাকুমনা
হয়া লাউনা কোনচিল্লককে।
পুনশি ইবালৈ
অবাং শক্ক লুতোংলৈ
চীংগু শিদবা-লৈ
খাংবল অশা-লাংকদা
লৈরাং মানা খুইগবম্মা খুইদ-লৈ
কোঁয়ো অচু লাংবদা

শিংলেন মানা পংকবরা পত্ত-লৈ,
হুংবাল হোংনেম লুবাং-নিংথৌ
পুনশিবা ময়য়্‌খংবু
শিংলেন তোংদম-পুল্‌
লৈরাং খয়োম শানা
লৈরাং লৈচিল্লমগে।
ইমায় নোংনেম লাইনাপাংনা
নমান ইমান কৌবা
চীংথংলা পাংবরমদা
গুরু খাদা কোল্লমগে।
সনা খাদা কোনচিন্‌না
থবাই মঙামা
মিগা থানা তরুকমাবু
চিত্ত-নুংদা কোনচিল্লমগে
হরি লাউনা কোনচিল্লমগে।
হরি হয়া লাউনা কোনচিল্লমগে
হরিচা-হয়া-হে, হে লিক্লাইও!
নদাইরেমবু তাখিবিগুনো।
ময়েক অরাং অহেন
য়েকার ওকারা চৈতগ পোতগ.
রাংগবু নদাইরেমবু
থৌজাল মথৈ ফংনা
লুংচারা সনা মোইকাই
মিংয়েংনা নাওগুমবি-ও!
হে লিক্লাইও নোংথৌরেল!

## রাহয়গী অর্থ

লামায় ৮—১৩

মালেম লয়মায় শী—খোঙলম্বীপুম্বা থম্না, তরা চামন-থা—চা-খিবা চিঙ্গাক তুমদহুনা, তোংচেং ছিউমগে—ঈশিংদা ছি লাক-শিনবগুম তৌগে, কায়রৈ অকন-কাউ- কাওনবা ফবা য়েন, কোংয়াং উরোং শংনা—লমথৈদা য়ুংবা য়ুম্বী শত্তুনা, হাথৈফ-রোই—লয়থোকফরোই, ইহক—ইশামক, তনবা মীথনখায়—মশক নাইরবা নিপা।

লামায় ১৪—১৯

শাবন তুমনৌ নাওংনা—শাবন্দা হৌবা তুমনৌ মনাগুম, তৌরাং ফকচা কোনগুম—য়ৈনফক অচৌবনা কোল্লকপগুম, রা-চানরগে—এনা নিঙবগা মান্নরগে, চতুরংগ—শামুগী, শগোলগী, খোঙগী অমসুং দোলাইগী লাম্নীশিং মথল মরি অসিবুনি ; থমচেৎ শাবী—মমায়দা থা মচেৎ মান্না শম ককপী লৈশাবী, অম্র ( সং )—হৈনৌ, কাংচেৎ চীদা—কাংচেৎকী মচু মান্না নাল্লবা মচী, কোয়রেং—খোইদিং, চুপান—চু পাম্বী, মুকমু হাইমৈ চোনবা—শল।

লামায় ২০—২৫

শিংকা না-কানা—শিঙ্গাগী খোঞ্জেল্লা না য়ৈশিনবমথৈ, মরাম খোঙকাউতয়—থেঙ্গৌগী মরাম মচা, অচৌবা খোঙজোংনা তোয়না চোংবা, নমু পোংহনবা—মী মরক্তগী অথোইবা, পামেল লেপতম য়ুং—লেপমুক রাংবা উকক য়ুংবা, তা-ঞ্জেল নাইদনা—অচান মীরায় নাইদনা, তেল্লোই—তেম শাবা লোই, খুদোং থিনকাপমা—খুদোং নোংমৈ তোয়না কাপ্তুনা।

লামায় ২৬—৩১

তেনবী নোংচুনা—তেম্না নোং চুবগুম কুংনা, ঈফেংনবগুম—

ঈচেল অকনবা অনিনা য়ৈশিন্নবগুম, নিঙনা তেগে—নিঙহম্নবগে, লানয়েংকাই—লানগী লালঙং য়েংনবা রাগী শগাই, য়োন্দনা—শোয়দনা, তমথ-লাং—নোংমদোন্দগী কাপথম্নকপা নোংমৈ শীংজং, ময়িল্লকপবু—ঈমথংলকপবু, লেমলৈ অছুকপা—পুংকর্ক চাউরবা ঙা, রানচেং অহাবা—ঙাকুপ।

লামায় ৩২—৩৭

শেকচুপ—শেক চপ্পবা যুংবা উ, তাংশক্তা—মশক থঙদবা, খোমওন য়ৈ—নাক য়েং ওইদা শাজৈ থাহুনা, চীংচু তাইবং খায়বদা—সনামহি লাইনিংথৌদা, লানশি ঈনা—থাঙনা শোক্তুনা শিরবশিংগী ঈনা, শোঙকী চঙলে—বিরে, পুলম ঙাপোল—ঙা হাপ্পা থরুং পোলাং, শাপোংতাইবু—শামু তাইবোং।

লামায় ৪০—৪৫

শেনকোই-য়িবু—চেম্বরকপা হুমাংবু, ময়িনশিল্লকলে—তকশিল্লক্লে, ননিল ওনবু—নিঙবিবা রাখলবু, ক্রং লমঙম—তেম্না ক্রং লাউনা কাপখিবদা য়াঙবতুগুম, য়াম্নদম্নিবদি—থাঙগা থাঙগা হেক য়াম্নজিবমখৈ, খেনলেন—অফবা মতম পুংজা, মপুম পাঙমদনা—মশীং থীঙমদনা, য়াচংখিরে—চঙখরে, থয়োইরোল—খুমন চন্নু, থুমনাউ—য়েনমচা, তুন্নুং লংলা—লংগী লংজিল, পোংথোংঙমদববু—থোনগং ঙমদবা পোং কোকথোং।

লামায় ৪৬—৫০

লৌশি য়িয়া হেপ—লৌখিপাং ময়াদা চত্তুনা, সেংরাই—সেকমাইজিন, লফু কুমতম শোয়—লফুপাং, খোংলম য়িরম চংপা—ঈশিং ঈরমদা চংপা, শৈনাইঙম্বশিংবু—লান্দা অশোক অপন নংলবশিংবু, লাংদোন চোয়না-দা—লাংগী মতোম্না চাইথোক্তুনা, তখেল মরুপবু—তখেলগী লমু, নথি নাই—কম্বি খোক্না,

খারম লম্বাল—খারমগী লোইহাপোং, অরাক ত্তমনা—ৱস্নমখৈ লাকথুদ্রুনা, য়েস্তাক—হেস্তাক।

লামায় ৫২—৫৭

লাইরেক চনক্করোই—থৌশাপ্রক্করোই, অতন—অতনবা ( হৈ-নিংদবা ), লিন্দাং শাংবনা—রাখল চনিঙ ত্তাবনা, থৌশীরক্বয়ে—পাউথোলশীরকএ, থোনলাং মৈদা—নিংথৌগী ফক্কমদা, কাঙমৈ থু—হিদাক থক্লহুনা, থংচি উপি ত্তোরা—মকং ফারবা থাংজি উগী শীং, মৌবী পোংশং—মৌবী বানৌ অশংবা, শানত্তাইননা—য়াননা, লোইহাথোকসি—লোই হারসি, শৈনাই য়াম—অশোক অপন য়ামবা, মানলৈ চিংঙল্লবনা—অহল ওইরবনা, কোকলেন-পৈ—মকোক ময়াম পৈহুনা, পোনচেং লাইচম থলনা—য়েন হাপ্নবা পোলাং শাহুনা, করোঙ পানবৈ নীক্লবস্থ—কপ্লাক নীক্লবস্থ।

লামায় ৫৮—৬৩

কোংয়াং বায়ি থেং—বাচেংকী কলম্না ইবা, নিঙথম্নখিয়ে—পুক্লিংগী বা থম্নখি, ভুমুং লংলা—অকুপ্পা লং, লুত্তোন-হাই—মকোক হাইহুনা, নিঙচিংননা—নিঙহন্ননা, শংলৌ লুত্তিনবিরকঙৈদে—ইক্ক থুনবিরক্কনি, নাপ্প লোনহায়ননা—নাকোংদা লোম্না ওাঙনহুনা, লয়থোঙকায়—লৈবাক কায়বা, মন্ত্রনা—রা তারবা, হাথংলকপহু-শুম্নবু—কাথংলকপা অহুশুম, শেল-মগী শেল-মা—শেল অমদা শেল অমা।

লামায় ৬৪—৭১

শানকোং হানহিরোইয়ে—থঙহলহৈরোইএ, ছল্দোরা—ছত্র মথোলনা থাম্নবা, শ্রুতি, আস্মৃতি ( সং )—ত্তারিবা, নিঙশিংলিব শোঙক্বি চঙবদু—কিবমু, পিহিকলোইয়ে—পিখিরোইয়ে, বা শঙদা—দরবারদা, য়াথোকলে—থোক্লক্লে, শৌরাইত্তাঙনা—

শাবা শৌনা, নোঙ্গাংদবা—নোমস্তা লেপ্তবা, থংনং লয়চুম ফেল—স্তা চেপ্লেননা হুনবা, ইরৈচল—ফুম্বংনবা, পানশাংমবু শন্দনা—খুঙ্গং অমত্তা চিথদনা, লৈচিল শীফা—লৈচিন্না কুপ্তুনা লৈবা, মনোং শোয়রবগা—নোংঙাল্লগা।

লামায় ৭২—৭৯

মানবী খুত্তপ্পনা—মখুৎ লোন্নবা, কাউবী চীগ লুক্না—মকোক নোন্না, শান্থুপখিরবগী—লোৎখিবদগী, খাচিকয়ে—চপ-য়ুংনা নিঙলুরে, পোইরৈ পুম্নমানা—মৈতৈ পুম্নমক্না, কুম্বনো—খোজানবিসম্বু, য়ারেন খোংকৈ চীক্—ময়া ক্রক ক্রক চীক্না, পাপললাই—ইপা ইপল পোকপা লাই, পুপালালাই—ইপু ইবুধৌ পোকপা লাই, লাকখোংকা—অহানবা স্নখোঙ য়েৌনা, লোকয়াই ভাম্ব লৈ—অথাপ্পা অৱাংবা লোকমাইদা শাৎপা লশিং, ফকয়া নীকপা—চরম কংহুনা লৈয়েং ফাইরবা।

লামায় ৮০—৮৭

চিশিন্নককে—থাজিল্লকে, পুরিত্তু—কারন্নবা কন্না লাকশিনবা, থৌরৈ পুম্নথাং নীকফরোই—থৌরম থুদিং ফত্তবা ওইফরোই, লুৱাংবগা—শাম্নগা, নোইম্বু মরন ওন্নপুং—থুমগা অতৈ পোৎকা শিন্নফম কৈথেল, য়াইচম্বা—য়াইস্কুল, অম্র (সং)—হৈনৌ, লয়ন্তোঙ খুদি য়াম—লয়তোঙ খুদিং খুদি থীবা, উয়োন থীরবী—শেংনা উবা ওমজন্দ্রবী, থৌদোংঙময়ে—অফবা য়াদা থৌগৎলময়ে, য়াঙ্গোইঙমও—লৈরমও, খোঙশান থীনবা—থেঙনা চৎপা, ওন্দে-ররোই—ওল্লরোই (হল্লরোই)।

লামায় ৮৮—৯৫

শোঙকীদনা—কিনা লৈত্তনা, লোল্লক্না—মরোলনা, তাংশক্কু—কু খঙদনা, য়াওইঙ্গবদা—শাউয়ন্নবদা, মুংগল্লবু—থমোই

কনৰবু, ভুমকন-দ—ভুম্ব-লৈতনা, মিংয়েং নাউভুমদনা—চিং উইশিন্দনা, শাংদিং লালৈথেম—লানফি শেংলদ্রুনা, হাংজেন ভুগুম্ববু—হাউনা মপাম্বীভুগুম্ববু, থমথেংনন—অয়োৌবী থানা থেংনদ্রুনা, নোংলোন পাইনা—নোংথক্সা পাইদ্রুনা, থারা—উচেক মথল অমা, খরং—খুমু খরং, যুরেন-চক্লু অচৌবা।

লামায় ৯৬—১০৩

হামলেন লৈচিল শীফা—হাইড্রোজেন য়াওবা লৈচিন্না শীনবা থুংনা, থোংবাই থিবদা—থোঙফম ফত্তবদা, খুৎচরি—খুজ্জী, কোনমাংনবা—কয্ৎ ঈচুম থোকপা ফত্তবা মফম, কোনা চুদা হেনবা—ফজবা কোনা মচুগী, ফুথখিববু—থৌজিনখিববু, থোপজৌ-রে—কোয়শিলহৌরে, মীপোক্কে—মী কল্লকে, লমদন য়ারেক-ফম—অহিং থাঙনবা শঙ, উয়োন খিবরমদা—উবা ফংলোইদৌবা মফমদা, মীখন-থায়না—মীশক নাইবনা, ভুমুং লংলা পুনগুম—মচিল থিবা খঙত্রবা লংগুম, লমথাং থৌমা—লম থাংজৌ নাপীনা, নরোয়বা—নঙগী লোয়নবা, থৌনাও লেম্বোং লেম্না—মঙক কক্লা।

লামায় ১০৮—১০৯

শায়বা ফিয়াল য়াম--ফিদা তিংথংনা ত্তোয়না পনবা, হুকচেন হাচেন্নরবগী—পঙচেন-চেনবদগী, মচিল চৌরবা -মাঙজিল থারবা, নোংজুনঙম্ববু--নোং চুবগুম্ব, চুপলৈমনা- চুপ্পি থৈনা মমায় ঙন্দুনা, শানথৈলৌও--য়েংহৌও, থরং হাইমু- খুমু খরং, বাচিল চাউ-গুম্বা--হেন্দোক্লুনা হৌবা বাগুম্বা।

লামায় ১১০—১১৫

য়েনলাং থোচংফম--য়েনশাং হেকফম, ভমম্বা উচোন হৌবা--ভম্পাক ময়াদা উপাল কুংনা হৌবা, খাম্বু কোকসৈনবা--কিমুগী কোকয়েং য়েংগা, থোঙথৌইরকপা--মাঙ থম্বা ঙঁশপা, মমম[illegible]

য়ে--হায়শিন্নরময়ে, পম্নিং ফাঙনা- লানফম মনিঙ ফাওহ্নুনা, য়মথাংনরবগী--মখুৎ চোকথহ্নুনা তাখিবদগী ।

লামায় ১১৬--১২৩

হাওরা ভানকোং শোল্লকলে--রারবস্থ রানা পুরকলে, চায়নদনা--লাল তৌনদনা, তমথি য়েং--ফত্তবা মফম য়েংহুনা, ধারা (সং)--মরী, কুনগা-থা--নোংজুথা, য়ারক শিন্তবা--মচুম তাবা, অঙানবা-থোঙলেন খম্বা--মুমিৎ তাখিবা, কোনলোয়--যুম, শঙ্গায়, হলরাইহল্লোইয়ে--হলহনখিবোইয়ে, রাংভইখিয়ে--শাউখিয়ে, লাললেবকমদা--লানশঙদা, ইমৈ রাইবকপা--ইভুং ইল্লকপা ।

লামায় ১২৪--১২৯

হুইরাং শোন্দবিয়ে--বাবা লৈত্রিয়ে, রানফক--নিংথৌগী ফুরিৎ মখল অমা, লাঙ্গোই মথুনেৎ--নিংথৌগী খুনেৎ শামু, তুগুপ চুং--তু চুংবা, নোংমললে--শিরে, ভদ্রলো--তিংখংনা পনবনা, লাংতিয়া--লাঙজা, খৌনাও লোনথোং--মঙক, চিনাই হংনাইবা--মচিপানবা (তুম্বা) থুপ্তোক থুপচিল তৌবা য়াবা লীরুং ।

লামায় ১৩২--১৩৭

তরা চাতংদা--চাক চাবা ফংদনা, চোইদান্নরবস্থং--কোয়তান তান্নরবস্থ, লৈথোনঙমজবা--হায়জ-নোঞ্জরবা, য়োইথোনজিল্লকপবু--মথং মথং পিশিল্লকপবু, লনথাইরে--য়েনবিরে, নাউসাবা--রাইথুনা মরুম [illegible] ঙংপা ভংদবা অতুগুম, খৌহক্রবতুগুম্ববু--ঈশি[illegible]রাক্রবত্তুগুম্ববু [illegible] নবপা--মতাং তেনবা, মোইথোমপূঙদা--[illegible]ইরাংখোমদা ।

